# ভাগবতকী ৱারী

রঘুমণি শর্ম্মা

যোংজবী—দেবলা দেবী

২শুবা চেকোং—১৯৭২ ইং

কোপি ১,০০০

---

মমল লুপা ২ ০০

# ছিরং লামায়





*Printed at—* The Seven Union Press, Paona Bazar, Imp

# ভাগবতকী ৱারী

## ধ্রুব

ব্রহ্মাগী মচানিপা মন্নু মচা য়াম্না পোকই। প্রিয়ব্রত অমস্তুং উত্তানপাদস্তু মন্নুগী মচানি। প্রিয়ব্রতনা অহলনি অদুগা উত্তানপাদনা অংগাখ্বনি। সুনীতি অমস্তুং সুরুচি উত্তানপাদগী নুপীনি। বাণী অনিসিগী মরক্তা সুনীতিনা অহল ওইরবস্তু নিংথৌনা মংগোন্দগী য়াম্না হেন্না সুরুচিবু লুনা থৌই। সুনীতিনা ধ্রুব, সুরুচিনা উত্তম কৌবা মচানিপা অমমম পোকই। সুরুচিগী মচা ওইবনা উত্তমদি হরাও-তয়াম্বা ফজৈ, ধ্রুবদি ফদে। কোন্নুংগী চিদায় অমদা মচানিপা অপিশক অদুগা লোইননা অৱাবা কয়া থাদুনা সুনীতি মতম লেল্লি।

নোংমা উত্তমনা নিংথৌগী তম্পাক্তা ফমদুনা লৈবিঙৈ মতম অদুমক্তদা ধ্রুব মফম অদুদা চংলকই। মনাওনা মপাগী তম্পাক্তা ফম্লিবদু উববদা মহাকস্তু মনাও উত্তমগুম মপাগী তম্পাক্তা ফম্নিংই। ৱাখল অদুনা লমজিংলদুনা ধ্রুব মপাগী মনাক্তা তপ্না তপ্না চংশিল্লক্লে। মতম অদুমক্তদা সুরুচিনা লাপ্তুক্না মদু উরদুনা চেনশিল্লক্লগা ধ্রুববু য়াম্না শাউনা থিংলৈ। অদুগা মহাক্না হায়রকই,—করিগুম্বা

রাজসিংহাসন অমদি নপাবুংগী তম্পাক্তা ফম্লিংলবদি উমংদা চংলগা হরি নিংহুনা বর নিজরু, হয়েংমুক্কী মপোক্তা নং ঐগী ইচা ওইনা পোকপা ফংজনবা! মতু নত্তনদি করিগুম্বদম্মু নপাগী তম্পাক্তা ফম্বা ফংলবোই।

পোক্তবী মমাগী ন্নংশি-হৈত্রবা ৱাহৈশি সি তাবদা ধ্রুব ফনা অচাং ওইববম্মু মহাকপু থীনা চৈবনি হায়বা খডজবা চম্লমই। মমা অতোবীগী ৱাহৈ থবা অসিনা মাগী থম্মোয়দা শাথীনা অৱাবা পীখি। মহাক কপ্পা কপ্পা মমাগী মনাক্তা লাক্লে। মচাগী মমিংতগী শিন্থরিবা পীবা অত্ত উবমক্তুদা স্থুনীতিনা মচাবু মতম্বাক্তা কোনথংলগা ফিজিনা মপী তৈথোকপিবকই। অদুগা মমানা হংলকই,—ইমাগী ইবুংঙো! নংবু কনাগী কপ্লিবনো?

ধ্রুবনা মমাগী মফমদা ৱাকম অহু করিমত্তা চিংথদনা তমই। মচাগী মথাইবক তমথীনা থী হায়বা খল্লবদা স্থুনীতি থম্মোয়গী অৱ-মৈচাক থা চমদ্রহুনা মপী শিন্থবক্লে। মহাক্না মচা উহন্দনা মমিংতগী থাব্বা যাদনা চেন্থক্লিবা পী লোন্না তৈথোকখ্রে। অদুগা মহাক্না মচাবু থেমজিন্দুনা হায়বকই,—ন থৱায় য়াউনা হনি নিউ। থম্মোয় শেংনা কৌজববনি মগাক তুম্মিন্না থক নৈথোকপা চমদে। অদুগা মহাক্তনা মীওইবগী অৱা-অনা পুন্নমক কোকহনবিবা চমই। মগী নমাংতাব্দীনা হায়বক্লিবতু অচুবনি।

মমাগী ৱা তাবদা অচা ওইরিবা ধ্রুব মপুক্লিং থবদি ঈংথরে। করমতৌনা হনি নিংগদগে হায়বা মহাক্না থম্মোয়দা লেপথোকখ্রে।

চহি মঙাদা শুবিবা, য়াম্না পিক্লিবা ধ্রুব নুমিং অতুমক্তদা নুংশিববা মমা-মপা, ময়ুম-মকৈ পূন্নমক থাদোক্তুনা পূন্নমক কাউথোক্তুনা হবিবু থিবা চংখ্রে। চাদে-থক্তে, তুমদে-হিপ্তে নুংশাগী য়াক্রবা মৈশা থাই, অকনবা নোংলৈ-নুংশিংনস্তু অপনবা পীবা উমদে, অহিংগী লিক্লানা মশা পুমচোং চোত্তুনা থক থক নিক্লবস্তু ধ্রুব কবিমত্তা থৌশাদনা অতুম চংলি। অস্তুন্না মহাক হরিনাম শোল্ল-শোল্লতুনা অবেপ্পা লৈতনা চংলি। নুমিং কয়ানি হৌখ্রে।

মহাক শুক্রবা উমংদা অস্তুম অস্তুম চংশিল্লকই। উমং অতুদা লৈক, নাশং, শামু, শণ্ডন্নচিবা হিংসাদা ময়াই কাববা শা কয়া লৈ। অতুবু থোং-নৌবিবা ধ্রুবগী চম্মবা থস্মোয়দা করিমত্তা অকিবা পোক্তে। মহাক্না হবিবু কবিগুম্বদস্তু উথিদ্রি, অতুগা হবিগী শক্তমগী মবিদস্তু কনাগী মফমদগী ভাথিবা লৈতে। অচেংপা থাজবা অমস্তু নুংশিবনা লমজিংতুনা ধ্রুব অকি-অখং লৈতনা শুক্রবা উমংদা চংলক্লিবনি। ঈশ্বরবু নিংজবা ভাববদি থাজবা অমদি নুংশিবা য়াউদনা শুপয়া য়াদে। অডা ওইবিবা ধ্রুবগী থংমোয়দা অস্তুন্না থাংভ মতুদি, 'হবিনা ঐবু মতম্বাক্তা কোনবিবি। ঐবু অৱাং-অনা পূন্নমক্তগী মহাক্না শাইদনা কনবিগনি। অতুগা জগং অসিদা লৈবিবা পূন্নমক অসিদগী হেন্না মহাক্তবু নুংশিজি। নুং নত্তনা অতৈ অতাপ্পা কবিস্তু পামজদে। ঐ নংতবু পামজৈ, নুংশিজি।' অসিনি ধ্রুবগী থাজবা অমদি নুংশিবা।

ধ্রুবনা উমং অতুগী ময়াই য়োরকপদা নুংজাও অমগী মথক্তা চাবান্নববা নোংশা অমা কুন্দুনা লৈরম্বা উবে। মাংদা মচিঙাক

উবদা নোংশা অহু হৱাওরমাল্লে মালেম নিক্লা ঙংলক্লে। নো শানা ঙংলিবা অহুবু হরিনা কৌবিবনি থন্দুনা ধ্রুব য়াম্না হবাওনা চংশিনখ্রে। মাগী মচিংদগী হরিনাম তাবদা পড়থগ্রববা নত্রগা মপুক্লিংদা কবব্না তমথীবা ৱাখল থল্লক্রবনো খড়দে, নো শা অহু অমুক অকিবা শক্রোন পুথোক্তুনা ঙংথিদ্রে। ধ্রুবনা তপ্না তপ্না চংশিল্লগা নো শা অহুগী মড়কশমদা হবাওনা কোন্দুনা হরিগী মতিক-মগুণ শোল্লক্লে। থম্মোয় শেংলবা ভক্তগী খুংনা শোকপ-মক্তদা শাহি চাবা শা অহু অয়োকপগুম তেংত্রে। নো শা অহুনা মাগী মাংননবা কদিস্নু তৌদ্রে। ধ্রুবগী মখুংতগী হেক নাম্বোকপগা নোংশা অহু অশুকপা মফম অমদা চেনশিনখ্রে।

ধ্রুবনা হরিনাম শোন্দুনা চংপদা থেনবা শা নত্রগা উচেক অহুবু হবিনি হায়না থন্দুনা অস্নুম্না কনাগী মড়কশমদা কোল্লুই অহুগা কনাগী মশাদা মাগী থোংলবা খুংশানা নাল্লুই। অড়কপনি হরিনামগী গুণ! উমংদা লৈবা শাহিং চাবা শা ফাওবা হরিনাম তাবমক্তদা হিংসাগী ৱাখল কাউই।

ভক্ত ধ্রুবনা মপুক্লিং চেংনা নিংজবা অহুদা হবিগী আসন থক-থক নিক্লক্লে। মড়োন্দা হরি নিননবগী পথাপ তম্বিনবগী-দমক দেবর্ষি নারদবু শ্রীহরিনা মহাক্কী মনাক্তা থাবিরকই।

তকথীনা শুক্রবা উমং অহুগী ময়াইদা ধ্রুবগা দেবর্ষি নারদগা থেংনৈ। নারদ বীনা খোংলহুনা হরিনাম শক-শোন্দুনা লাকই। ধ্রুব সন্যাসীগী ফিজেং শেংলহুনা উমং অহুদা চংলম্বহু উবদা নারদনা আশীর্ব্বাদ তৌরকই। অহুগা মহাক্লা হায়রকই,—নিপামচা, নং

করিগী অতুক অঙাং ওইনা নয়ুম থাদোরক্লবনো ? উমংদা কোইচৎ চৎতুনা থিরিবা মহাক অতু অতুক অঙাং ওইরিবা নংনা ফংবা ওইথোক্কে ! নয়ুমদা হল্লো, সংসারগী মুংঙাই-ঈপাক্তা তাউরুখো, লাইনিংবা হায়বসিদি অহল ওইরগা নিংগদবনি।

নারদগী ৱা তারবদা ধ্রুবনা হায়রকই,— দেবর্ষি, মপানা লুনা-চান্না তৌবিদ্রবা অতুগুম্বা মচা অতুগী মুংঙাইবা সংসারদা করি লৈরিবগে ? অতুগা ঐদি সংসারগী মাইকৈদা থোইদোক্লা অপাম্বস্থ লৈজদে। হৌজিক ঐনা অসিগুম্বা লন পামজৈ মতুদি, ঐগী ইপা ইপু কনানস্থ ফংথিদ্রিবা অতু ! হরিগী চরণ ফংজদ্রিব-মখৈ ঐ য়ুমদা হল্লরোই। করম তৌরগা হরিগী দর্শন ফংজগদগে থৌজালবিতুনা মতু তাকপিয়ু।

চহি মঙাদা ঙায়রিবা ধ্রুবগী ৱা অসি তাবদা নারদ ইঙক-ঙকখ্রে। মঙোন্দা হরি নিংনবগী মরম কয়া শুগায়না তাক-পিবগা নারদনা হায়রকই,—নিপামচা ! কালিন্দী তুরেলগী তোর্বান্দা মধুবন কৌবা উমং অমা লৈবনি। মফম অতুদা চৎলগা হরি নিংলু। অতু ওইরবদি শঙ্খ-চক্র-গদা-পদ্মধারী শ্রীহরিগী দর্শন ফংজগনি। থম্মোয় শেংনা 'নমো ভগবতে বাসুদেবায়' মন্ত্র অসি শোল্লবদি শোইদনা সিদ্ধি ফংগনি।

অসি হায়রগা মহাক্না ধ্রুবদা মুনি-ঋষিশিংনা ফাওবা ফংঙমদ্রবা পাওতাক কয়া পীরকই। অতুগা নারদ অমুক বীনা খোংলতুনা হরিনাম শক শোন্না শোম্না মফম অতু থাদোক্লুনা চৎখ্রে।

নারদ উত্তানপাদ নিংথৌগী কোন্নুংদা থুংলরে।

দেবর্ষিবু উবমক্তদা উত্তানপাদনা য়াম্না নোল্লুক্না খুরুমই। ডাইহাক লৈরগা নিংথৌনা মুনি লেংডকপগী মরম হংলকই।

নিংথৌগী মাইথোংদা অৱাবগী মমি তাবা উরহুনা নারদনা হংলকই,—মহারাজ! নহাক্কী মাইথোং অহুক মকশিন্না উরিবসি করিগীনো ?

নিংথৌনা থম্মোয়গী ৱা লোংপা লৈতনা হায়রকই,—মুনিদেব! করিবু হায়রসিগে! ইচা কায়নবগী মৈচাক্না থম্মোয় অসে কায়গদৌবে। সুরুচিগী ৱা লৌহুনা ঐনা ধ্রুববু থৌওইখিদে, মবাল লৈক্তদবা ধ্রুব অমদি মমা সুনীতিবু অৱাবা কয়া নংহনখি। হৌজিক মমা মচা অহুবু নি শিংলকপদা নিংঙমদবা মৈচাক্না থম্মোয় অসে পুবা ডম্লক্তে। ঐগী ইচা ধ্রুব অহুবু হৌজিক কদায়দা কন্নদৌনা লৈবমগদগে হায়বা করিমত্তা খঙদ্রেনে মুনিদেব। হৌজিক ফাওবা হিংলম্লখিগদ্রা হিংলম্লশৈইদ্রা কনানা খঙগনি!

মতম কহুদা নারদ মুনিনা নিংথৌগী মপুক্লিং ফাথরহুনা হায়রকই,—মহারাজ! নচাগীদমক থোইনা ৱারুগন্নু, হরিনা মাবু ঙাকপি-শেনবিগনি। রাজ-সিংহাসন, লন-থুম পূম্নমকপু মহাক্না করিমত্তা মীহৌবা লৈতে। মহাক্তি মহাক্না করিগুম্বদম্নু উবা ফাওবা ফংলরোইদবা, অমাং-অতা লৈররোইদবা লন ফংলগনি।

অসি হায়রম্লগা নারদ বীনা খোংল-খোংলহুনা চৎখ্রে।

নারদ মুনিনা তাকপিখ্রহুগী মতুং ইন্না ধ্রুব মধুবন্দা শাক্লে।

মহাক চীং-তুবেল কয়া লান্দুনা, লৌবুক-লমহাং কয়া শমন্থনা চংলি। কালিন্দী তুরেল তোর্ববান্দা মহাক থুংলরে। তুবেল অতুদা ঈকক্সবগা মহাক বৃন্দাবন্দা লাক্লে। মফম অদুদা অচৌবা সনা-খোংনাং অমগী মখোঙদা ফম্লন্থনা মহাক হরি নিংলক্লে। মুমিং কযানি হোৎপ্রে অতুবু হরিগী দর্শনদি ফংদ্রি। অতুবু মহাক নিংহন্নবা লৈতনা হরি নিংথনা অতুম লৈ। চাব-থকপা, তুম্ফ-হিপ্পা পূন্নমক থাদোক্তুনা মুমিং কয়ানি লাই নিংথনা লৈরক্লবনা অঙাং ওইরিবা ধ্রুবগী তনৌ-তনৌবিবা হকচাং অদু নোংমা নোংমগী অসুম অসুম কংশিন্নক্লে, শরদা উনশাতনা কুপ্পক্লে।

ধ্রুবগী অকনবা লাইনিং অদু উবদা লাইয়াম পূন্নমক্কী থম্মোয়দা মীমুংশিগী ঈথক হৌবক্লে। মখোয় অঙাং অদুগী অন্নাবদু য়েংথনা তুমিন্না লৈথোকপা ঙম্লক্তে। ইন্দ্র, বরুণমচিংথা লাইয়াম পূন্নমক তৌন্নবগা বৈকুণ্ঠদা শ্রীহরিগী নাক্তা লাক্লে। ধ্রুবগী লাইনিংপবৈ চেংপগী রাকম অদু তম্লগা মখোযনা হরিগী মফমদা হায়ক্সবকই,— প্রভু! ধ্রুবগী অন্নাবসি য়েংথনা লৈবা ঙমদ্রে। ভক্তগী অনিংবদু থুংহনবিথনা মাবু লাইনিংবসি তোকহনবিরো।

শ্রীহরিনা হাযবকই— চিনকবন্থু লাইযাম পূন্নমক! ঐনা শোইদনা মঙোন্দা য়াম্না থুনা দর্শন পীবগনি।

অসি তাববদা লাইবাম পূন্নমক হরাওনা হনখ্রে।

মখোয় চংখ্রবদা ভগবান হরি গরুড় তোংথনা বৃন্দাবন্দা লাক্লে।

ধ্রুবনা লাইনি লিথা অদুগী মাইকৈ মরিমক্তা থঙহৌদনা

পুক্নিং হুনা মুংশিরবা মনম্না শিল্লক্লে। মহাক্না অচেৎপা ৱাখল্লনা মপুক্নিংদা তাইবংপান মপু হরিগী শক্তম শাগংচত্নুনা থম্মোয়-মিংনা উননবা হোংনরি। মতম অদুমক্তদা খঙহৌদনা মাগী থম্মোয়দা শাগংচরিবা শক্তম অদুমক লৌহুনা মমাংদা শ্রীহরি মশামক মাইয়োক্ননা লেপ্লরে। ধ্রুবনা মমিৎ পাংথোরকপমক্তদা হরিনা মদনমোহনগী শক্তম লৌহুনা মাংদা লেপ্লুনা লৈরম্বা উজরক্লে। মহাক্না নিংজরিবা ঈশ্বরদুবু মপুক্নিং চংনা খুরুমজরকই। হরিনা মহাকপু কোনখৎলগা মতম্বাক্তা পম্বিখ্রে।

ভক্ত ধ্রুবনা ভগবান হরিগী মতিক-মগুণ কয়া শক-শোঞ্জরকই। মতম অদুদা হরিনা হায়রকই,—নিপামচা, অঙাং ওইরবসু নংগী অকনবা লাইনিংসি উবদা ঐ পেল্লে। পূণ্য চেল্লবী নংবু পোকপী নমাগী থৌজালদগী নংগী থম্মোয়দা ভক্তি পোকখিবনি। ভক্তি অদুনা নংনা ঐবু উজবা ফংলিবনি। হৌজিক করি বর পাম্বগে হায়য়ু, ঐনা নংগী অনিংবদু শোইদনা থুংহনগনি।

থৌজাল-মপু জগৎকী মবুংঙো মহাক্না তাকপিরিবদু তারবদা ধ্রুবনা নোল্লুক্না হায়জরকই,— প্রভু! নংদি ননাইগী থম্মোয়গী ৱা পুম্নমক খঙবিরিবনি। ঐনা করি অমুক হায়জখিগদগে!

ভক্তগী মক্তুবা থম্মোয় উরদুনা হরিনা হায়রকই,— নংনা নিংলিবদু শোইদনা থুংগনি। মুমিৎ, থা, থৱান্মিচাকশিংদগীসু হেন্না ৱাংনা নংনা লৈগনি। নংনা লৈগদৌরিবা মফম অদুবু ধ্রুবলোক হায়না খঙনগনি। মফম অদুদা বৈকুণ্ঠগী মঙাল মতম পুম্নমক্তা ফংগনি। শিরগা নং ধ্রুবলোক অদুদা লৈগনি। নংনা লৈগদৌরিবা

মফম অদুবু ধ্রুবভাবা হায়না খঙনদুনা মতুগী মতেংনা লমুক্করব-শিংগী মাইকৈ লেপ্পা ঙমগনি। হৌজিক্তি ন নয়ুমদা হল্লো। নংবু পোকপা নপা নিংথৌ উত্তানপাদ উমংদা ঐবু নি দুনা মথল্লায় কংথোক্লগনি। নংগী ননাও উত্তম শাদানবা চংপদা মথল্লায় মাংগনি। অদুগা মাগী মমা সুরুচি মচা থিবা চংপদা উমং ময়াই য়োৎকপমক্তদা খংহৌদনা মাইকৈ মরিদগী লান্নৈ চাক্লক্তুনা শিগনি। নং মতম কুইনা নিংথৌ ওইদুনা সংসার-মায়াদা তাউদুনা লৈথিগদবনি।

অসি হায়রম্লগা হরি গরুড় তোংদুনা বৈকুণ্ঠদা চংখ্রে।

ধ্রুব হরিগী ব্লা তাবদা নি বা কায়বগা লোইননা ময়ুমদা হল্লকই। মহাক্লা পামজরিবদি রাজ-সিংহাসন নত্তে, হরিগী চরণ-তবুনি। লৈবাক ফংলগা করি কান্নগদগে হায়বনচিংবা কয়া খল্লা খল্লা ধ্রুব ময়ুমদা হল্লক্লে।

উত্তানপাদ নিংথৌ মচানিপা অহল কায়নবগী থাংঙমদবা মৈচাক্লা অঙাওবগুমখ্রে। অদুগা ধ্রুববু পোকচবী মমা সুনীতি লৈমায়’থক্তা ব্লান্থ-ব্লান্থদুনা তুরি। তাঞ্জা অসিদা ধ্রুব হল্লকপগী পাও তাবদা মথোয় শিরবা হকচাংদা নৌনা থল্লায় হাপ্পগুমখ্রে। সুনীতি, সুরুচি অমস্তুং উত্তমবু পুদুনা লান্মীশিংগা লোইননা উত্তানপাদনা ধ্রুববু ওকপা লাকই।

হিংলমথিগনি হায়না থাজরুদ্রবা মচা নিপা ধ্রুববু অমুক হল্লা ফংজরবদা মমা-মপাগী অল্লাবা পূম্বা কোকখ্রে। মাবু ওকপা

লাক্লিবশিংদুনা মংগোন্দা আশীর্ব্বাদ তৌরকই। ধ্রুবনস্থু অহল-লমনশিংবু খুরুমই। কোন্নুংগী নুপীশিংনা লৈ চাইবদুনা মঙ্গল পীবা ৱাহৈ কয়া হায়বকপতনা ইনিন-নিল্লক্রে।

ধ্রুব মপানা লুনং-চান্না তৌবিবা ফংজরে, নুংঙাই-ইপাক্তা তাউরে। অম্মুন্না চহি কয়া হৌখ্রে। মহাক পাখ ফারে। লাইবিক-লাইশঙ্, লানগী খুংলাই, বাঙনীংদ অসিনচিংবা বিস্না পূন্নমক মহাক মপু ফানা হৈরে। মতু তাংদ-উবদুনা নোংমা মন্ত্রীনা নিংথৌদা হায়বকই,—মহারাজ অহল ওইশিল্লক্রে, উমংদা লাইনিংলুনবগী মতম ওইরে। অতুগা ধ্রুবস্থু পাখং ফারেদো। বিস্না পূন্নমক্তা চাংদনিং চাই লৈত্রবা নঙ-ইবুংঙো অহলদা সিংহাসন শিন্নবিবস্লো, মহারাজ!

মন্ত্রীগী ৱা তাবদা উত্তানপাদ নিংথৌ যান্না হরাওরে। মচানিপা অহল ধ্রুব লৈবাক ৱায়েল চৈংচাক পুবা চম্মগনি হায়বা বাঙনাতদা হৈ-শিংলবা মন্ত্রীগী মফমদগী তাবদা নিংথৌ থোই-দোক্না নুংঙাইখ্রে।

নোংমা উত্তানপাদনা প্রজাশিংবু কোন্নুদা কৌথংলগা হায়রকই,—ঐদি অহল ওইরে, লৈবাক চাক্‌বা পাঙ্গল লৈবক্তে। মদম অসিন ইচং নিপা অহল ধ্রুবদা সিংহাসন শিন্নবম্নগা ঐদি উমংদা লাইনিংবা চংনিংলে। মসিদা প্রজাশিংগী করি মত লৈবগে হায়যু।

প্রজাশিংনা অমুক কবি হায়খিগনি! চহি মঙাদা ঙায়রিবৈদা মুনি-ঋষিশিংনা ফংডমদ্রবা হরিগী দর্শন ফংখ্রবা ভক্ত ধ্রুবগী

সেবা তৌবা পত্তাশি নম্ব পাম্লিবনি। মবম অসিনা মথোয়নস্থু নিংথৌনা নিংশিবত্ত য়ানিংবা কোন্দোকখ্রে।

মক্ত চাউনা তৌতুনা ধ্রুবদা নিংথৌ খুভম শিন্নবম্লগা উত্তানপাদ উমদা লাইনিংবা চংখ্রে।

মতম অসিদা শিশুমার কৌবা নিংথৌ অমা লৈরমই। মহাক্কী ভুনি কৌবী চান্দন্নি চাই লৈতনা ফজবী মচান্নুপী অমা লৈ। ভুমিবু ধ্রুব নিংথৌনা মতম চানা লুহোংখি।

মতম শরা লৈরগা ভুমিগী গর্ভদগী মচা নিপা অনী পোকই।

সুরুচিগী মচা উত্তমনি মযুম পানখিদে। নোংমা মহাক হিমালয়দা শাদানবা চংলি। মতম অতুনা লৈরিবা যক্ষশিংগা মহাক্কা লান কন্না শোংক্রে। লানকম অতুনা উত্তম মাইথীতুনা যক্ষশিংগী মখুংতা মথয়াই মাংখি।

অমত্তা ভাবনবা তাংলবা মচা উত্তম মতম চানা হল্লক্তুবদা সুরুচি মচাগী মৈচাক্না অহাওবীগুম্লে। মচাগী মৈচাক থাতুনা লৈবা ডুম্লক্তুনা মহাক কোন্নুংদগী থোকখ্রে। অদুবু মহাক্না মচাবু কোহান্দ-থিবদা কদায়দস্তু লৈরমদ্রে। মহাক কপ্পা কপ্পা মচাবু কৌদ-কৌরতুনা শুক্রবা উম অমদা চংশিনখ্রে। থডংহৌদনা উমং অতুগী মাইকৈ মরিমক্তা লান্নে চাকথংখ্রে। মচাগী মৈচাক্না ডাওরবী সুরুচি তমথীরবা লান্নে অতুনা চাকথেক্লুনা উংওইখ্রে।

যক্ষশিংনা উত্তম হাংখিবগী পাও হেক ফংবগা মনাও হাংপা লমন খুম্নবগী অচেংপা ৱাশক্কা লোইননা ধ্রুবনা যক্ষ-শিংগী মথক্তা লান্দারক্লে। মতম কুইনা লান শোক্লরবা মতু'দা যক্ষশি'ঙু লান্দা হৈ-শিংলবা ধ্রুবগী লাম্নীশি'গী মাইয়োক্তা লেপ্পা ঙম্লক্তে। শোইদনা মাইথীরগনি হায়বা খঙলদুনা যক্ষশিংনা মায়াগী লান তৌবা হৌবক্লে। ধ্রুবদি মায়াগী লান হৈতে। মরম অসিনা যক্ষশিংনা ধ্রুবগী লাম্নীশি'বু য়াম্না লায়না তমথীবা মীহাংনা হাংপা হৌরক্লে।

মফম অদুদা লৈরিবা মুনিশিং ধ্রুবগী খু'দোংথীবদু য়ে'ঙুনা লৈবা ঙম্লক্তে। মখোয়না লাক্লগা ধ্রুবদা অনৌবা থৌনা হাপ্পিবদুনা হায়রকই,—নহাক্কী মক্তুবা থম্মোয়দা নারায়ণ ভাম্মোইদুনা লৈ হায়বা নিংশিংদ্রবরা? করিগী অদুক নিংবা কায়রিবনো?

মুনিশিংগী ৱা তারবদা ধ্রুবনা য়েক্লববু করম তৌরগা মাইথীবা পীবা ঙমগদগে হায়বা খঙলক্লে।

ধ্রুবনা নারায়ণাস্ত্র কৌবা লাম্বা লৈত্রবা তেন অদু যক্ষশিং তম্না কাপখ্রে। মগুণ লৈরবা খুংলায় অদুনা পান্দুনা যক্ষশিংগী তমথীরবা মায়া অদু কায়খ্রে। যক্ষ কয়ানা শাথীনা শোক্লে।

যক্ষ শাগৈ তুম্না মাংলগনি খঙদুনা ব্রহ্মাগী মচা মনু মশামক ধ্রুবগী নাক্তা লাক্লে। মহাক্না হায়রকই—ধ্রুব। নংগী খুংলায় অসে হঙ্ঘিল্লু। মীওইবনা মশা মশানা তৌজবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না পোক্লিবনি, শিরিবনি। কনাস্থু মশানা তৌজবা কর্ম্মগী মহৈ ফংলোইদবা লৈতে। মরম অসিনা নংগী ননাও শিখিবগীদমক

যক্ষশিংদা তায়নতুনা কবিস্ন কান্নদে। মখোয় অসে কুবেরগী মনাইনি। মখোয়বু হাংকনু।

অসি তারবদা ধ্রুবনা মনাও হাংখিবগী লমন খুম্নিংবগী রাখল থাদোকখ্রে। মনুগী য়াথং মতুংইন্না মহাক্না অমাং-অতা লৈত্রবা খুংলায় অহু হঞ্জিনখ্রে।

মতম অহুদা যক্ষনি থৌ কুবের ধ্রুবগী পুকচেল চাউবা অহু উবদা পেল্লহুনা মফম অহুদা লাক্লে। কুবেরনা হায়রকই— নংদি অথোইবা লাম্মীনি। অরেম্বদা মাংহন-তাকহন্দবনা লাম্মীগী তৌফম থোকপা থৌদাংনি। থৌদাং অহুমক নংন্না পাংথোক্লে মসি উবদা ঐ য়াম্না পেল্লে, নংনা নিনিংবা বর মিয়ু।

ধ্রুবগী থম্মোয়দা অতৈ থোইদোকপা অপাম্বা লৈতে, মরম অসিনা মহাক্না হায়রকই ;—ঐনা শিরগা হরিগী চরণ ফংজনবা বর অসিতদি পীবিয়ু।

“নংনা নিংবা থুংজবো।” আশীর্ব্বাদ পীবম্মগা কুবের মফম অহু থাদোক্লুনা চংখ্রে।

ধ্রুব মতম কুইনা লৈবাক চাক্লমই। অতুগা মতম চানা মচানিপা অহলদা সিংহাসন শিন্নবম্মগা মহাক বদবিকাশ্রমদা লাইনিংবা চুংখি। মফম অহুদা মহাক যোগ-শক্তিনা হকচাং থাদোক্লুনা স্বর্গ কাখি।

শিরবা তুংদা ধ্রুব ব্রহ্মাণ্ডগী খ্বাইদগী রাংলবা ধ্রুবলোক্তা লৈখি।

---

# প্রিয়ব্রত

প্রিয়ব্রত মনুগী মচানি।

মপানা মনু, মমানা শতরূপা অদুগা মপা পোকপা মপু-বোক্লা ব্রহ্মাত্মক ওইববা প্রিয়ব্রতনা জগৎ অসিদা পাংথোকপা ওয়্নোইদবা কবিস্নু লৈতে। প্রজা য়োকপা, লৈবাক ঙাকপা অসিনচিংবা পূন্নমক্তা মহাক চাংদম্নিংঙাই লৈতনা হৈ। মহাক হরি-ভক্ত ওইবা ধর্ম্ম চেনবা নিংথৌ মচানি। অতোপ-অতোপ্পা বিদ্যা কয়া হৈদুনা প্রিয়ব্রত জ্ঞান য়াম্না লৈ।

মচানা মতিক চানা জ্ঞান লৈবদু উবদুনা মনুনা মচানিপাগী মখুংতা লৈবাক রাযেল থোদা শিন্নবগে হায়না থম্মোয়দা লেপত্রে।

অদুবু প্রিযব্রতদি অতোপ্পা নিংথৌমচাগুম নিংথৌ ওইনিংবগী রাথল লৈতে। মহাক্কি ধর্ম্ম-কর্ম্মদা মপুক্কিং লুপ্রদই। মহাক হরি নিংদুনা পূন্সি লেনবা পামই। মবম্ অসিনা মহাক নিংথৌ ওইবা শুপ্পাম পামদে। মাগী থম্মোযগী অবেপ্পা রাথল অদু উবদুনা দেবর্ষি নারদ মাগী মনাক্তা লাক্রে। নারদবু থুকম্নদুনা প্রিয়ব্রতনা হাযবকই,—মুনিদেব! ঐঙোন্দা আত্মজ্ঞান তাকপিযু।

হায়বিবসি তাববদা নারদনা হায়বকই,—থম্মোয়দা আত্মানা কুপ্লিবমথৈ মীওইবা কনাস্নু আত্মজ্ঞান ফংবা ওয়্নোই। আত্মজ্ঞান ফংনিংলবদি থম্মোয়দগী মায়া মক ফুক্তোক্কুনা হান্না লংথোক-খিগদবনি। অদুগা সংসার-মায়া থাদোকপা তারবদি সহরগী

নিল-খো'বা অসিদগী থাপ্না চিক্লবা উম'দা চ'লগা অ'শে'বা তাগী অমা ওইননবা হোংনগদবনি। অত্থু ন'দি নি'থৌমচানি। নি'থৌমচা ন'না চিক্লবা উম'দা ননাই-মশল কনা য়াউদনা নতোমতা লাইনি'তুনা লৈবা শুপহৈ-হৈনরোই। প্রজা য়োক্তুনা, লৈবাক্কী য়াইফনবা শিন্দুনা নিংথৌ ওইবনা নংগী তৌফম থোকপা নথৌদাং নত্রা?

ব্রা অসি তাবদা প্রিয়ব্রত মপী শিন্থরক্লে। মহাক্না হায়জ-রকই,—মুনিদেব! মায়াগী কল্লবা লিপুন্না পুন্দুনা লৈবসি পামজদ্রে। ঐবু খুদো'থীবা অসিদগী কনবিয়ু। নহাক্তি ঐগী থম্মোয়গী ব্রা পূন্নমক খঙবিরিবনি। ঐবু নি'বা কায়হনবিগন্নু।

অসি তাবদা পেল্লত্থুনা নারদনা হায়রকই,—ফরে আত্মজ্ঞান ফংনিংলবদি স'সার-মায়া থাদোক্তুনা ন' ঐগা লোইননা গন্ধমাদন্দা চংলসি। মফম অত্থুদা নং হরিব্রত তৌগদবনি। অত্থুগা ঐনা নঙোন্দা পাওতাক কয়াম্থু পীগনি।

প্রিয়ব্রত নারদগী তু ইন্দুনা গন্ধমাদন্দা চংখ্রে।

মচাগী পুক্লিং মুন্না খঙলত্থুনা মন্থু মচাগী নাক্তা লাক্লে। মচানা হরি নিংবগী মরমদা কয়া থাগৎলগা মহাক্না হায়রকই,—অহল ওইরবা শোল্লবা ইপাদি লৈবাক ঙাক্লনবা পাঙ্গল লৈরক্তে। নঙোন্দা নিংথৌ খুভম শিন্নবম্লগা ইপাদি লাই নিংলগে থল্লথনি। নপা ঐগী য়াথং ঙাক্তুনা মতম থরদংদি নহাক লৈবাক ঙাকলুখো। অহল ওইরগা নংগী অনিংবত্থু পাংথোকউ।

মপাগী ব্রা তাবদা প্রিয়ব্রতগী কোকথক্তা বজ্র লিশিং

ভাবগুমখ্রে। মহাক্না হায়বকই,—পাবু! সংসারদা লৈৱিবা পুন্নমক অসি অৱেপ্পা অমত্তা নত্তে। কৱিগীদমক্তা ঐবু অমুক মায়াগী লা দা থুহনবিনিংলিবনো? অপাম-মীহৌ কয়া উংপিহুনা ঐগী অৱেপ্পা ৱাখল অসে থুগায়বিরগনু।

মচাগী ৱা তাবদা মনু ৱাখলনা চমম্লক্লে। মহাক্না মপুক্লিংদা মাবু পোকপা মপা ব্রহ্মাগী মফমদা হায়জরকই, 'ইপা ইবুংঙো। নহাক্না ঐগী ইচা অসিনা মপুক্লিং ওল্লক্কুনা নিংথৌ ওইয়ু হায়বা য়াননবা শিনবিয়ু। অসুক অহল ওইরবা ফাওবা লাই নিংঙ্রবদি নচাগী পূন্সি অসে অৱেস্নদা মাংথিবা তারে। ইচা অসিনা মথুংতা লৈবাক শিন্নরম্নগা ঐ হরি নিংবা ফংজনবা শিনবিয়ু।'

সপ্ত ঋষিনা মাইকৈ মরিদা কোইশিন্দুনা লৈরিবা অহুগী ময়াইদা ব্রহ্মা ফমহুনা লৈ। খঙহৌদনা মহাক মপুক্লিং লাংতক্লরক্লে। মহাক্না ধ্যান তৌহুনা য়েংবদা মচানিপা মনুনা হায়জরিবহু উরক্লে।

মচাগী ৱাকং তারহুনা ব্রহ্মা মচাগী নাক্তা য়াম্না থুনা লাক্লে।

গন্ধর্ব্ব, কিন্নৱ, মুনি-ঋষি অমসুং লাইয়াম্না ব্রহ্মাবু উবদা পুক্লিং চংনা খুরুমই। মনু, প্রিয়ব্রত অমসুং নারদনসু ব্রহ্মাবু খুরুম্লে। ব্রহ্মানা মখুং থাংগৎলহুনা মখোয় অহুম্মকপু আশীর্ব্বাদ তৌরকই। অদুগা মহাক্না প্রিয়ব্রতদা হায়রকই,— চংশিল্লকউ ইবুংঙোং! নংবু ঐগী ইশু ওইনা ফংজবা অসিদা ঐ কয়াদা নুংঙাইরবা! ঐগী য়াথং মতুং ইন্না অসুক কুইরবসি ইচানিপা মনুনা নিংথৌ ওইহুনা লৈবাক ঙাক্লক্লি। নং মাগী মতিক চাবা

পূন্সি লেনখি। প্রিয়ব্রতনা মচানিপা তবেং অদুবু বিদ্যা মখল কয়া তম্বিদুনা লৈবাক ডাকপগী পথাপ নি থিনা হৈহনখি।

নো'মা প্রিয়ব্রত নিংথৌ অস্তুম কোইথোক্লমই। মতম অদুদা মহাক্না অতিয়াদা য়েংথংলমই। মহাক্না খল্লকই, পৃথিবী তংখায় অমদি নুমিংকী মঙাল ফংদদুনা অহিং ওইবি। অদুগা তংখায় অমদনা নুমিংকী মঙাল ফংলি।

অস্তুন্না কয়া খল্লক্লবদা প্রিয়ব্রত মপুক্লিংদা পেন্দবা ৱাখল কয়া পোক্লক্লে। মহাক্না অস্তুন্না অমুক খল্লকই, মসি প্রকৃতিগী তমথীদবা মবালনি। ঐগী প্রজা তখায় অমদি নুমিংকী মঙাল ফদুনা নুংঙাইনা লৈ। অদুগা প্রজা তংখায় অমদি অমম্বদা ৱানা লৈবি।

প্রিয়ব্রতগী হকচাংগী থক্তোবকপা মঙাললনা নুমিং কোটি অহুমগী মঙালগুম লথংলক্লে। অস্তুন্না মঙাল পুথোক্লগা মহাক দোলাই তোদুন পৃথিবী থাদোক্তুনা অতিয়াদা ৱাংনা কাখংখ্রে। নুমিংকী মঙাল অস্তুম অস্তুম হন্থবক্লে। প্রিয়ব্রতগী মঙাললনা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসি মঙাল পৃঙাল্লক্লে। অহিংগী অমম্বা কোকখ্রে।

প্রজাপতি ব্রহ্মাগী লৈশেম অবেম্বা ওইবক্লে। মদু উবদুনা ব্রহ্মানা প্রিয়ব্রতদা হায়বকই,— ঐনা নবু পৃথিবীগী শাসন পুননবগী য়াথং পীথ্রগা কবিগী পৃথিবী থাদোক্তুনা স্বর্গলোক্তা লাক্লিবনো? মশা মশাগী থৌদাং ঙাক্তুবদি ঈশ্বরগী লৈশেম মাংথ্রগনি।

ব্রহ্মাগী ৱা তাবদা প্রিয়ব্রত মশাগী মরাল খঙজরক্লে। মহাক স্বর্গ থাদোক্তুনা মালেমদা কুমথরক্লে।

প্রিয়ব্রতনা দোলাই তোংছুনা ন্নমিংপু কোইথিবসি তবেং-লক্লি। মতুগী ফলনা পৃথিবীদা সমুদ্র ঈবম তবেং শেমথি। অতুগা কংফালগী শরুকস্তু তবেং থোক্লা থায়দোকথি।

পৃথিবীদা হল্লক্রবা তুংদা প্রিয়ব্রতনা মচা নিপা তরেং অতুবু দ্বীপ তবেং অতুগী নিংথৌ ওইহনখ্রে। অতুগা মচানুপীবু দৈত্য-গুরু শুক্রচার্য দা লুহোথি।

অস্তুন্না মহাক্লা মচাশিংগী য়াইফনবা শিনথি। মচানিপা তবেংতা লৈবাক ডাকপগী থৌদা শিন্নথোক্লগা প্রিয়ব্রত মতম কুইনা সংসার-ধর্ম্ম ডাক্লই। অস্তুন্না মহাক্লা ন্নডাই ইপাক্তা তাউবগা লোইননা মপুবোক ব্রহ্মাগী য়াথংস্তু ডাকথি।

অহল ওইরক্লবদা প্রিয়ব্রত নারদ মুনিগী পাওতাক নিংশি-লক্লুনা সংসার-মায়া থাদোকখ্রে, বৈরাগী ওইখ্রে। কোন্নুং, লন-থুম, মতু-মচা, মরি-মতা পুন্নমক থাথোক্লুনা হরি নিংবদা মহাক মপুক্লিং লুপশিনখি।

অস্তুন্না চহি কয়া হোৎলবা তুংদা হরি নিনা নিনা যোগ-শক্তিনা প্রিয়ব্রত হকচা থাদোকথি।

শিরবা মতুংদা প্রিয়ব্রত বৈকুণ্ঠদা চংজফম ফংথি।

---

# ভরত

ভগবান হরিনা ঋষভ হায়না কৌদুনা পৃথিবীদা মী ওইনা পোকখি। ঋষভকী মচানিপা অহলগী মমিং ভরত কৌই। ভরত মনু শাগৈদা পোকপনি। হরি নিংজবতনা মহাক্কী অংগাংইবা থৌদাং ওইরমই। বিষ্ণুদা, লৌশিংদা পূন্নমক্তা মহাক্তা চাদম-নিংঙাই কনা লৈতে।

মতম চানা ভরতনা পঞ্চজনী কৌবী মশক-মতৌ চংথোল্লবী মথোক কারকপগী ফজবা খিবিক্তা লৈতেংলবী নুপীমচা অমা লুংঙই। পঞ্চজনীগী গর্ভদগী ভরতকী মচানিপা মঙা পোকই। মচা মঙামক মপাগুম গুণ চেল্লি।

ভরত ধর্ম্ম লৈবা নিংথৌনি। মহাক্কী মমিং লৌদুনা জম্বু-দ্বীপ্পু ঙসি ফাওবা ভারতবর্ষ হায়না খঙনরিবসিনি। ভরতনা নিংথৌ ওইরিঙৈ মতম অতুদা মাগী মতিক-মগুন্না লৈবাক অতুদা লৈবা প্রজা পূন্নমক নুংঙাইনা-ঈংনা পূন্সি লেল্লি।

মতম কুইনা লৈবাক রায়েল চৈঙাক পুবক্লবা মতুংদা ভরত সংসার-ধর্ম্মদগী লাপথোরক্লে, অতুগা বৈরাগ্যদা মপুক্লিং লুপশিল্লকই। মতুদগী মহাক যাগ-যজ্ঞ-ব্রত তৌদুনা মতম লেল্লি। অমুম্না কয়া তৌবদগী মহাক্কী থম্মোয়দা জ্ঞানগী মঙাল ফাওরক্লে। মতম অতুদা মহাক্তা মচাশিংদা লৈবাক রায়েল থৌদাং শিন্নখ্রে। অতুগা মহাক্তা মুক্তি ফংননবগীদমক্তা তমথীনা শুক্লবা উমংদা লাইনিংবা চংখি।

গণ্ডক কৌবা চীং অদুগী মথক্তা ভারত নিংথৌ শালগ্রাম লাত্তুনা লৈখ্রে। চীং অসিগী চীংখোঙদা গণ্ডকী কৌবা নিথিজরবা তুরেল অমনা ঙাথু-থেংথুদুনা চেল্লি। প্রকৃতিগী পুক্কিং হুনা ফজরবা মফম অসিদা ভরতনা নিংথৌ ওইবগী মুংঙাইবা পূন্নমক থাদোক্লদুনা সন্যাসী ওইদুনা লাইনি লি। চাব-থকপা নোংম নোংমগী ককথদুনা মহাক মহাসিদ্ধি ফংননবা হোংনরি।

নোংমা অয়ুক অঙনবদা গণ্ডকী তুরেলদা ইরুজরিঙৈদা ভরতনা গর্ভ লৈরবী শজি অমোম অমা চাউরবা কৈ অমনা তাম্নরকপা উরমই। শজি অমোম অদু কুম-থা শুরক্লবনা কন্না চেনবা ঙমদে। শিনিংদদুনা মথল্লায় খুবাক্তা হাপ্তুনা চেল্লিবী শজি অমোম অদু চেন্নবা লম্বী লৈত্রে। অদুবু মতুংদদি তমথীরবা কৈ অদুনা অরেপ্পা লৈতনা তান্নরক্লি। কৈ অদুগী মথয়াত্তগী নাম্থোক্লবগীদমক শজি অমোম অদু য়ান্না ফিংনা ঙম্নবা চীংথক্তগী গণ্ডকী তুরেল লান্না চোংথরক্লে। শাফু য়ান্না কন্না চোংবনা গর্ভদা লৈরিবা মচা অদু নাম্থদুনা তুরেল ঈয়াইদা তাহোরে। অদুগা শজি অমোন অদু তমথীরবা কৈ অদুগী মথয়াত্তগী নাম্থোক্লবস্থু তুরেল ব্রাংমগী তোর্ব্ববান্দা নূংদা য়েশিন্দুনা তারবনা হিংবগী আশা লৈত্রে। মচা তাথিবা মাইকৈ অদোমদা অমুক্তং চিংনা য়েংলম্লগা মহাক মথল্লায় থাগ্রে।

ধর্ম্ম চেল্লবা ভরতনা থৌদোক অদু নিংথিনা উরমই। শজি মচা অদু তাউথরকপা উরে। মহাক্না য়াম্না ব্রানা হোংনদুনা শজি মচা অদু ঈশিংদগী লৌথংলে।

অঙকপনি মীওইবগী পূন্সি! সংসার-মায়াগী লিপুন থদংলবা ভরত শজি মচা অহুগী মায়াদা অস্তুম অস্তুম লুপশিল্লক্লে। তুম্ব-হিপ্পদা, চাব-থকপদা, চংপদা ভরত শজি মচা অহুবু মিকুপ অমত্তস্তু থাদোক্তুনা লৈবা ঙমদ্রে। উমংদা লৈরিবা হিংসাদা ময়াই কারবা শাশিংনা শাবাক তমথিদনবা মহাক্লা শজি মচা অহুবু য়ান্না চেকশিন্না থমই।

শজি মচা অহু নোংম নোংমগী চাউরক্লে। অহুবু মহাক ভরতকী মনাক্তগী থক চংথোক্তে।

করিগুম্বা শজি মচা অহুনা পূজা থুগায়রবস্তু মহাক শাউদে। অস্তুম্না মহাকপু শজি মচা অহুগী মায়ানা চেংনা পুনশিনখি। শজি অহুগী ৱাথল নত্তনা কর্ম্ম পূন্নমক থাদোক্লবা ভরতকী থংমোয়দা অতোপ্পা ৱাথল অমত্তা চংত্তফম ফংখিদ্রে।

অস্তুম্না যাগ-যজ্ঞ তৌবা তোকপদা নত্তনা হরিগী নাম ফাওবা শোনখিদ্রে।

শজি মচা অহু থবা চাউরক্লবদা ভরতকী আশ্রম অহুগী মপান্দা থোরকই। শুমাংদা চেন-চোংহুনা শান্নরিবা শজি অহু য়েংহুনা ভরত মথৌ 'পূম্বা থাদোক্তুনা মতম লেনবা হৌরক্লে।

শজি মচা অহু নোংমা নোংমগী চাউরক্লে। শজি অহু শুমাংদা শান্নবা তোক্তুনা লবুক-লমহাংদা চংগোকপা হৌরক্লে। অহুবু মহাক কুইনদি থক চংথোক্তে, ভরতকী মনাক্তা হেক্তা চেনশিল্লকই।

অস্তুম্না শজি অহু চাউরনপগী মতুং ইন্না লমহাংদা শান্নরম্বদগী

উমংদা চংপা হৌরক্লে। মহাক অসুম অসুম লাপ্না চংথোরক্লে। অদুবু সন্ধ্যা ওইরকপগা আশ্রমদা হল্লকপা থক কাউদে। নোংমদি থংহৌদনা শক্তি অদু সন্ধ্যা মতুং ওইরক্লবা ফাওবা হল্লক্তে। থেংত্রিল্লকুবা ফাওবা হল্লক্তবা অদুদা ভরতকী থম্মোয়দা শক্তি অদুবু কবিগুম্বা শাহিং চাবা শানা. শাথাক তমথ্রববা চিংনরক্লে। চিংনবা রাথল অদুনা লমজিং দুনা ভরত শক্তি অদু থিবা চংখ্রে। থোক্লেল রা ন। কৌব কৌরদুনা শুক্রবা উমংদা চংলক্লে। কবিগুম্বা সন্ধ্যা মতু থবা থেংথববা ফাওবা শক্তি অদু হল্লক্তবদি ভরতনা মাবু যিবা হেক হেক চংলি। মহাক্না কৌবা তাবগা শক্তি অদু মনাক্তা হেক্তা চেল্লকই। অদুবু উসিদি ভরতনা হন্না হন্না কৌবিরদু তাদ্রমাল্লে শক্তি অদু মহৌশাগুম চেনশিল্লক্তে।

শক্তি অদু কোইচং-চংদুনা থিবদা ফংদ্রদুনা ভরত নিংবা কাযনা ইহি-ইহনিংদনা মাগী আশ্রমদা হল্লক্লে।

সুংশিববা শক্তি অদুগী কায়ন-মৈচাক্না কাহংলবা ভরত ঈশ্বরগী নাম শোনগনি হাযবা নি শি থিদ্রে। মহাক শক্তি অদুগী রাথলনা চাব-থকপা, তুর-হিপ্পা পূন্নক থাদোকখ্রে। নোংমা নোংমগী মহাক মশা যান্না শোন্থরক্লে। শক্তি অদুগী মৈচাক্না মহাকী থম্মোযদা তমথীববা লাইন। অমা ওইখ্রে। পূর্ণিমা অণোইবা মিংকুপ ফাওবা ভরতকী থম্মোয়দা শক্তি অদুবু কাউবা উম্মদে। হেক পোকচবা মচাগুম সুশিংব শক্তি অদুগী রাথল থন্না থন্না ভরত মথরায থাদ্রে।

শিবমদায় ফাওবা শক্তি অদুগী রাথল থনথিবনা ভরত

হন্দক্কী মপোক্তা শজি ওইনা পোক্লে। শজি ওইনা পোক্লবসু ভরত হৌখিবা মপোক নিংথিনা খঙই। হৌখিবা মপোক্তা শজি মচা অমগী মায়াদা লুপখিবনা মপোক অসিদা শজি ওইনা পোক্লিবনি হায়বা নিংশিংলক্লবদা মাগী থম্মোয়দা নিংঙমদবা মৈচাক্লা ওমহুনা চাকপা হৌরকই। মরৈবাক, মতু-মচা পূম্নমক থাদোক্লুনা সংসারগী কল্লবা লিপুন থদংতুনা মহাক হৌখিবা মপোক্তা সিদ্ধি ফংগ্রবনি। অতুবু মপোক অতুদা অমকপা খজিক্কুং লৈখিবনা হন্দক্কী মপোক্তা শজি ওইনা পোকতুনা হৌখিবা মপোক্তা তৌখিবা অফবা কর্ম্ম পূম্নমক অরেম্বা ওইরবনি।

মপোক খঙলবা ভরত শজি ওইনা হিংনিংদে। মরম অতুনা মহাক গণ্ডকী তুরেলদা চোংথতুনা মাগী শজিগা মপোক অতু লোইশিনখি।

লৈবাক অতুদা মতিক মগুণ লৈনা ব্রাহ্মণ অমা লৈরমই। মহাক সংসার-ধর্ম্ম চৎলবসু মপুক্লিংদদি তাইবংপান মপু হরিবু মতম পূম্নমকতা কাউদে। ব্রাহ্মণ অসি মুপী অনি লোল্লি। মুপী অহল অতুনা মচা নিপা মাপল পোকই।

ব্রাহ্মণ অসিগী মুপী অতোপ্পীনা পোক্লিবা মচানিপা অসিমক ভরতকী অহুমশুবা মপোক্লি। হেক পোকপগা ভরতনা হৌখিবা মপোকশিংগী ৱা নিংশিংই। মতৌ করম্না শজি মচা অমগী মায়াদা লুপ্তুনা মহাক শজিগী মপোক্তা পোকখিবগে অতুগা মতৌ করম্না ধর্ম্ম-কর্ম্ম, হরি-সেবা থাদোকখিবগে হায়বা

পূন্নমক অদু নিশিংলিবনা মপোক অসিদদি মহাক য়ান্না চেকশিনখি।

মশাগী অপান্না মতুং ইন্না ভবত লোম্থোক্তবা শাশিন্নদুনা পূন্সি লেল্লংই। মবন অসিনা নীনা মহাকপু লাম্থোক্তবা ভরত হায়না খঙনে।

মচা অদুনা লোন থোক্তদত্ত উবদ মম-মপা মথরায় য়ান্না ৱাশ্মই। মখোয়না মাবু খংভাগ্ন মচাশি অদুগী হন্না লুনা-চান্না ভৌই।

মপানা মহাকপু লাইনিক য়ান্না ঠৈহন্নিই। অদুবু মহাক্তি লোন থোক্তবনিনা মপাগী ৱাখল অদু খম্মোরদা অদুম লৈথি। মচা অসি অথোইবা জ্ঞাননি হায়বা মপাদি খঙলমদে। মচা অসিবু কানওা শাবিবা চন্নংদনা মপা অদু শিথি।

মপা শিগ্রবা তুনা মপাগী সম্পত্তি পূন্নমক ভবতকী মচিল-মনাওশিনা মাগী মাগী শকক য়েম্থোক্লখি। মখোয়না ভবতকী শক্লাক্ত থুংবিদে। মাদি ৱা ডাব ঙমদবনিনা মচিল-মনাও পূন্নমক্লা মহাকপু ননথাক ভৌবি। অদুবু মহাক্তি মপ গী সম্পত্তি শুপফং ফ দ্রবস্থ খম্মোনদা কবিংত্তা অৱাবা পোক্তে। মহাক্তি জ্ঞানগী নু ঙাই-ঈপাক্তা তাউদুনা সংসাব পূম্বা কাউথোক্তুন লৈ।

ভবত পাথ ফাবক্লে। মহাক মশা-মউ ফবা, মপাঙ্গল কনবা পাথ নি। অপঙবনি থন্দুনা মাবু মচিল-মনাওশিনা মপাঙ্গল থুদেক্লা শিজিন্নৈ। ষণপোং থোইবদা মখোয়না মহাকপু ষণ ঈরোইগী মহুং শিন্দুনা শিজিন্নৈ। মহাক্লা করিগুম্বা ৱামন্দুনা

মিংকুপ খবদং পোথাকবা থোক্লবদি মীনু শি খণ্ডদবা মচিল-মনাওশি দুনা ষণ ঈবোই ফুবগুম শাথী শাথীনা হেক হেক ফূই। চৈনাখোল অদু মহাক্না তুম্মিন্না থাংদুনা লৈ। অদুক গথী-গাওইনা তৌবিবা মচিল-মনাওশি দুবু মহাক্না থক শাউদে। কা পোক চিংবদস্থু মথোযনা মহাকপু শিজিন্নৈ।

নোংমা নুমিং তাববা ফাওবা পান্শী কৌবা লৌবুক্তা ভরতনা পোংপু লাক্কুনা খোইবমই। মহাক হুমা না মশা 'পূম্না পূমচোং-চোংলে, অদুবু পোথাবা লৈতে। মতম অদুদা মচা পোক্কবা হুবানবা অমনা মচা ফনববা কালীদা মীবনি তৌননবগীদমক মাগী কা বুশিংগ লোইননা মী থিবা লাকই। লৌবুক মযাইদা অপণ্ডবা ব্রাহ্মণ মচা অদুনা মশাগা পোংপু লাক্কুনা খোইবিবদু উবদা হুবানবদু হবাওরে।

হুবানবা অদুনা নংথাক তেদুনা ভরতপু কালী মন্দিরদা পুবকই। জ্ঞানগী নু চাইবনা লুপ্রিব ভরতন হুবানবা অদুগী থৌদাং পূরমক থংই। অদুবু মহাক কনিমত্ত থৌশাদে, মশাদা অকিবস্থু পক্তে।

হুবানবা অদুনা ভরতপু কালীগী মাংদা পুশিন্নক্লে। মতম অদু ফাওবা ভরত শিবগী মতম চাইবগুম থৌশাদনা তুমিন্না লৈ। মহাকপু বলি কংননবগীদমক হুবানবা অদুনা থা খুপায চেংনা পাবদুনা হাইগংখ্রে। মদু উবদা হুবানবা অদুনা শোইদনা অংশংবা ভক্ত ভরতপু হাংথ্রানি হাযবা ইমা কালীনা খণ্ডলক্লে।

খুদক অদুমক্তদা দেবীনা ভক্তবু কনবিনবগীদমক মখুংতা

পায়রিবা থাং অছুমক্কা হুরানবা অতুগী মওক ককখ্রে। অতুগা কালীগী মনাইশিনা অতোপ্পা হুরানবশি দু হাংখি।

ভরত মফম অদুদা অহুম ফমহুনা হরি নিংহুনা লৈখ্রে।

সিন্ধু সৌবীরগী নিংথৌ রহুগন দোলাই তো হুনা কদাইদনো চংলমই। লম্বীদা দোলাইরেং অমা খুদি থিহুনা মখোড শাথীনা শোক্লে। মহাক চংপা ডমদ্রে। মতম অদুদা অতোপ্পা দোলাইরেশি তুনা মী থিবা কোইচং চংলকই। কালীগী মাংদা মশামউ ফরবা, অপডবা, লোম্থোক্তবা ভরত লৈরম্বতু উরহুনা মখোয়না মাবু দোলাইরেং ওইহন্নবগীদমক ফাহুনা পুবক্লে।

কন্না চংলবদি কবিগুম্বা উহৌনহুনা অপিকপা জীব খোডনা নেংলুবা য়াই থন্দুনা দোলাই লেংজুমদা পুরিবা ভবত য়াম্না তপ্না চেকশিন্না চংলি। অতোপ্পা দোলাইরেশিং অদুনদি মাগী পুক্কি গী রাথল অদু খডদবনা মাবু য়াম্না শাউরকই। দোলাই তোলিবা নিংথৌ অদুসু শাউনক্লে। মহাক্না ভরত্তা হায়রকই,—নং অদুক নশা-নউ ফরগা অদুক থিনা পা দ্রিবদি করিগীনো? সিন্ধু সৌবীরগী নিংথৌ ঐগী দোলাইরেং ওইজবা নং কয়াদা নরাইবক ফণ্ডবা? ঐগী অকনবা চৈথাক ফনি দ্রবদি নিংথিনা চংলু।

হায়রিবসি তাববসু ভবতকী থম্মোয়দা অরাবা, নুংঙাইতবা করিমত্তা কাওদে। মহাক্না নোককেং তৌনা নিংথৌদা হায়বকই,— নিংথৌ! মায়াদা লুপ্পনা জ্ঞানগী মডাল ফংহুনা নানা অতুক নাঙল কারিবনি। অদু!! ননা মরাল লৈতবা মীবু ওং-নৈরি। ফনানা

নিংথৌনো কনানা প্রজানো— পূন্নমক ঈশ্বরগী মনাইনি। মহু খংনা চংকদবনি নিংথৌ!

লোম্থোক্তবনা রা ডাংলকপহু তাবদা নিংথৌ অহু ইচক ঙকখ্রে। মহাক্না য়েংথরকপদা ভরতকী হকচাংদগী লনবা মঙোল থক্তোক্লিবহু উরক্লে।

মতম অহুদা দোলাই মথক্তগী চোংথবক্লগা নিংথৌ অহুনা ভরতকী মথোঙ কোন্দুনা ডাকপিয়ু হাংজবকই। অদুগা নিংথৌনা অমুক হায়বকই,— ইবুঙো! নহাক কনানো তাকপিয়ু। জগৎ অসিদা ব্রাহ্মণগী শাপ নত্তনা ঐ করিস্থু কিজদে। খংদনুনা ইবুঙোবু অরাবা কয়া পীখ্রে, পংলবা ঐবু ডাকপিয়ু।

ভরতনা নিংথৌদা জ্ঞানগী পাওতাক কয়া পীহুনা মপুক্রিদা লাংতক্লরিবহু কোকহল্লে। অহুগা ভরতনা গায়বকই, —হরি নিংউ, জীব খুদিংমকপু নু শিয়ু নিংথৌ, মহুতনা মুক্তি ফঙ্গনি।

নিংথৌ অহু অথোইবা ভক্ত ভরতকী মফমদগী মমল নাইদ্রবা পাওতাক কয়া ফংলবা মতুংদা মরৈবাক্তা হনখি।

মহাক চংথিবগা ভরত যোগাসন্দা ফমখ্রে। অহুগা মহাক জগৎকী মবুংঙো হরিগী নাম শোন্না শোন্না মথরায় থাখ্রে।



# অজামিল

কানকুজদা অজামিল কৌবা ব্রাহ্মণ অমা লৈরমই। ব্রাহ্মণগী মপোক্তা পোক্ৰবসু মহাক ভমথীনা ওক্কবা, লমচং নাইদবা নিপানি। মহাক্তা নহা ওইরিবদা জাতি-ধর্ম্ম থাদক্কুনা মীনাই নুপী অমা লুরমই। মহুদা নত্তন মীগী মপোক-মবম ভুদাল্লি, য় থকপা অশিনচিবা ওক্ত-শাজং অশিনা মাগী হৈনবীনি।

মীনাই নুপী অত্তগী গর্ভদগী অজামিলগী মচানিপা তরা পোকই। মচাশিং অহুমু মপাগুম লমচং নাইদে, উবদা অকিবা পোকই। অহুবু মচা খ্বাইগী অংগাংবা অহুনি মশক ফজ্রি, ঈ ই, তঙ্গি।

মচানিপা অংগাংবা অত্তগী মমি নারায়ণ কৌই। অজামিলনা অংগাংবা মচাশিংগী মাবুনা হেন্না লুনা তৌই। মচা অহুবু মিংকুপ অমত্তা উদনা মহাক লৈবা ঙমদে।

অজামিল য়ান্না অহল ওইশিল্লক্লে। অহুবু মহাক মতম অহু কাওবা মাগী হৈনরক্লবা ওক্ত-শাজং অহু থক থাদোক্লে।

শিরমদায়গী মিংকুপ য়োৌশিল্লক্লবা মতম অহুদা অজামিলগী মনাক্তা কনাসু লৈরমদে। ঈশিং খোৌরাংবগী মৈচাক থাবা ঙম্লক্লুহুনা মহাক্তা য়ান্না ৱানা খোঞ্জেল ফাইনা "নারায়ণ, নারায়ণ!" হায়না মচানিপা অতোপ্পবু ভোইনা কৌরকই। অহুবু মচানিপা নারায়ণদি কৌরিবহু তাত্রমাল্লে মপাগী মনাক্তা চংলক্লে। অজামিলদি ঈশিং

থৌরাংবনা মথনাও গ্রক গ্রক কংশিল্লক্লে। মহাক ঈশিং থৌরাংবগী মৈচাক অমুক থাংবা ঙমদ্রব্তুনা মথৱায় থাগ্রে।

মহাক হেক শিবগা যমগী দূতশিংনা যম-লৈবাক্তা পুননব-গীদমক মাগী মথৱায় লৌবা লাকই।

মতম অতুদা বিষ্ণুগী দূতশিংগস্তু অজামিলনা শিরমদায়দা নারায়ণ হায়না শোনখিবগীদমক্তা মাগী মথৱায় লৌবা লাক্লে। পুন্সিগী অরোইবা মিংকুপ্তা কনাগুম্বনা নারায়ণগী নাম শোল্লবদি বিষ্ণুগী দূতশিংনা মহাক বৈকুণ্ঠদা পুদবা য়াদে।

বিষ্ণুগী-দূতশিংনা লাকপদা যম-দূতশিংনা অজামিলগী থৱায় যম-লৈবাক্তা পুতুনা চৎলিবতু উরে। খুদক অতুমক্তদা বিষ্ণু-দূতশিংনা মখোয়বু থাম্লতুনা হায়রকই ;— বিষ্ণু-ভক্ত ব্রাহ্মণ অজামিলগী থৱায় নখোয়না পুবিবতু কদায়দনো ? শিবমদায়দা ব্রাহ্মণ অসিনা নারায়ণগী নাম শোনখি। মরম অসিনা মহাক বৈকুণ্ঠদা লৈগদবনি। নখোয়না থাদোক্লম্লো, বিষ্ণুগী নাক্তা পুগ্রগে।

মখোয়গী ৱা অসি তাবদা যম-দূতশিংনা নোক্লতুনা করেম্লরকই। মখোয়না হায়রকই,— নখোয় য়েংবদা নশক-নতৌ য়াম্না ফজনা উই ; অতুবু ওইথোক্তবা ৱা ঙাংলিবদি করিগীনো ? বিশ্বব্রহ্মাণ্ডদা লৈরিবা খুদিংমক্তা শীংইবনা হেক শিবগা মখোয়গী ঐখোয়না যম-লৈবাক্তা পুই খঙনবিবনি। মরম অতুনা ঐখোয়না মাবু মফম অতুদা পুরিবনি। মহাক নখোয়গী খুংতা শিন্নবা য়াবরা য়েংগে নখোয়গী পরিচয় তাকউ।

যম-দূতশিংগী ব্রা তারবদা বিষ্ণু-দূতশিংনা হায়রকই,—ধর্ম্ম-রাজগী মনাই ওইরগা নখোয়না ধর্ম্ম-কর্ম্ম করিমত্তা খণ্ডদ্রিবা করিগীনো? হরিনামতনা মীওইবগী পাপ পূম্নমক কোক্লিবনি। অজামিল কৌবা ব্রাহ্মণ অসি বিষ্ণুগী অথোইবা ভক্তনি। পূন্সিগী অরোইবা পূংজাদা মহাক্না তাইবংপান লানবিবা মপু নারায়ণগী নাম কয়ারক হন্না শোনখি। মরম অসি লৈনা লৈনা নখোয়না মাবু করম্বা. ধর্ম্মগী মতুং ইন্না যম-লৈবাক্তা পুরিবনো?

অসি তাবদা কিরক্লহুনা যম-দূতশিংনা হায়রকই, —নখোয়না মাগী লমচং মুন্না খণ্ডবনা মাবু বৈকুণ্ঠদা পুনিংলিবনি। অজামিল ম্নাম্না ওক্তবা, লমচং নাইদবা ব্রাহ্মণনি। ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোক্লবম্নু মঙকশমদা উরিক শিদে। অতাং ওইরিঙৈদদি মহাক ধর্ম্ম কায়রমদে। মহাক মতম চানা লুহোংই। নোংমা উমংদা লাই নিংলুবদগী মযুমদা হল্লকপদা মহাক য়াম্না চোকথরহনা লন্দী ময়াদা হৌবা উজাও অমগী মখোঙদা পোখাই। মতম অহুদা য়াম্না নহা ওইবিবী মীনাই মুপী অমা উরুবদগী মপুক্কং ওনখিবনি। মহাক্না মশাগী ধর্ম্ম থাদোকপদা নত্তনা মাগী মতে না হিংলিবা মমা, মপা, মুপী পূম্নমকপু কাউথোকপা ঙমখি। মীনাই মুপী অহু লৌহুনা মহাক পূন্সি লেনখি; হুরানবা, জ্বার শাবা, ময়াই কাবা পোং চাব-থকপা অসিনা মাগী অথোইবা মথৌ ওইখি। পূন্সি চুপ্পা মতৌ অম্মুন্না লেনখিবনিনা অজামিলবু যম-লৈবাক্তা পুবনা মতিক চাই। অহুগা মহাক্না শিরমদায়দা নারায়ণ হায়না শোনখিবহু ঈশ্বরবু নিংশিংহুনা শোনখিবা নত্তে, মচানিপা

অহোম্বু কৌবনি! হৌজিক্কি নবক্কী অরাবা থাবনা মাগী কর্ম্মগী মতিক চাবা দগ্তি ওইগনি।

মথোংনা হায়রিবসি মন্না তাবগা বিষ্ণু-দূতশিনা হায়রকই,— কদায়দা থড়দনবু ওইববস্তু অমৃত থকলুবা থোক্রবদি শোইদনমক মহাক অমর ওইগনি। মদোগী অস্তুন্ন থড়দনবু ওইববস্তু কনাগুম্বনা নারায়ণবু শোঞ্জনবদি শিনগা মহাক বৈকুণ্ঠদা চৈলগদবনি। নারা-য়ণগী নাম শোঞ্জবা মহাক অদু পাপ লৈত্রবনি, পুণ চেন্নবনি। মবম অসিনা নথোয়না মাবু থাদোক্রম্মো। মদোন্দা নথোয়গী অধিকার কদায়স্তু লৈতে। হৌজিকমক ঐখোয়না মাবু বৈকুণ্ঠদা পুবগনি।

অসি তাবদা কিক্রদুনা যম-দূতশিনা অজামিলগী থরায় বিষ্ণু-দূতশিদা শিন্নরে। অদুগা মথোয় যমগী মনাক্তা হনখ্রে।

যম-দূতশিংগা বিষ্ণু-দূতশিংগা রাণী শান্নবা তাবদগী অজামিল হিংগৎলক্লে।

মদু উবদা বিষ্ণু-দূতশিনা মাবু থাদোকপিরম্মে।

হরিনামগী অচকপা গুণ থড়লক্লদুন, অজামিলনা থম্মোয়দা বিষ্ণু-দূতশিং অদুবু খুরুমজরকই।

গঙ্গাগী তোর্ব্বান্দা লৈবা দেবমন্দির অমদা অজামিল মপূক্কিং অনি লোংদনা হরি নিদুনা লৈখ্রে।

পূন্সিগী অরোইবা পুংজাদা হরিনাম শোন্না শোন্না অজামিল অশি-লাইরেম্বীগী তম্পাক্তা হিপথখি।

হেক শিবগা বিষ্ণু-দূতশিংনা অজামিলগী থরায় বৈকুণ্ঠদা পুড়ুনা চংখি।

অম্বুন্না অজামিল শিৱবা তুদা বিষ্ণুগী অচানবা মনাই অমা ওইনা বৈকুণ্ঠদা চংজফম ফংখি।

যম-দূতশিংন্থু অজামিলগী থরায় বিষ্ণু-দূতশিংদা পীবম্মগা ফগী লৈবাক্তা হল্লক্লে। মখোয় ধর্ম্মরাজদা হায়রকই,— প্রভু! মপুন্সি চুপ্পা পাপকী থবক্তা তৌদুনা লৈরক্লবা অজামিলনা শিরমদায়দা নারায়ণ হায়না মচানিপা অমত্তাহৌরবু কৌখি। মহাক শিংগা ঐখোয়না মাগী থরায় পুবকপদা লম্বীদা বিষ্ণু-দূতশিংনা নংদুনা লৌহোবে। যুগ মরি অসি ধর্মরাজনা মীওইরবু সাসন তৌরিক্লিবনি। ননাই ঐখোয়নসু মখোয়বু ফা-ফাদুনা ইবুংঙোগী মমাংদা পুক্কক্লিবনি। অদুবু ওসি বিষ্ণু-দূতশিংনা ঐখোয়বু তাম্মোক্লগা অজামিলবু অমুক হিংগংহনখ্রিবসি মরম কবিগীনো তাকপিয়ু প্রভু।

যমরাজনা মখোয়বু থেমজিল্লহনা হায়রকই,— মদুগীদমক নখোয় কবিস্থু থল্লুগনু। ভগবান বিষ্ণুদি মবোল অহুম্মকী মপুনি। ঐনা তৌরিবা পুন্নমকসি ইবুংঙো মাগী ময়াথং মতুং ইন্না তৌরি-বনি। করিগুম্বা খণ্ডনবু ওইরবস্থু মহাক্কী নাম শোঞ্জরবদি মপোক লিশিং কয়াগী পাপ কোক্লিবনি। মদুম অসিনা বিষ্ণু দূতশিংনা হিরম খুদিংমক্তা ঐখোয়দগী হেল্লি হায়বা কাউরোইদবনি।

অসি হায়রম্মগা যমজার বৈকুণ্ঠদা চংগ্রে। মহাক্না হরিবু

থুরুম্লগা হায়জরকই,— প্রভু। ঐগী পণ্ডলবা দূতশিংনা থণ্ডদদুনা পুন্নমক থণ্ডবি-উবিরিবা ইবুংঙোগী মফমদা মরাল কয়া লংজ্রখিবদু থোজানবিদুনা ঙাকপিয়ু।

ভগবান বিষ্ণুনা ঙাকপিরবদা যমরাজ হরাওনা হনখি।

মতুংদগী ছোনা যম-দূতশিং বিষ্ণু-ভক্তগী মনাক ফাওবা নকখিদে।

---

# প্রহ্লাদ

হিরণ্যাক্ষ কৌবা য়াম্না তমথীবা দৈত্য অমনা দৈত্যাশিংগী নিংথৌ ওইরমই। হিরণ্যাক কৌবা মাগী মনাও নিপা অমা লৈ। মখোয় মচিল-মনাও অনিনা প্রজাশিংবু শাগী-শাথীনা ওং-নৈ। মখোয় অনিমক যম্নি হায়বমক য়াই।

মরু ওইনা হিরণ্যাক্ষগী ওং-নৈবা স্বর্গগী লাইয়াম ফাওবা থাংবা ৱারমই। মহাক্না লাইয়াম পুন্নমকপু মাইথীবা পীদুনা মথা পোগহনখি।

ভগবান বিষ্ণু পাতালদা লৈ হায়বা থণ্ডলক্লদুনা হিরণ্যাক্ষনা জগৎকী মথুংঙো অদুবু মাইথীবা পীগে হায়না লেপখি। অদুবু পাতালদা লাক্লগদি মহাক বিষ্ণুগী মাংদা কুইনা লেপ্পা ঙমখিদে। লান্দা মাইথীবদা নত্তনা মহাক বিষ্ণুগী মথুংতা মথরায় মাংখি।

ময়াম্বা শিবগী পাও ফংলদুনা হিরণ্যকশিপুনা নিংথৌ ওইরে। ময়াম্বা হাংপা বিষ্ণুবু মহাক্না য়েক্লবনি থনখি। মহাক্না প্রজা-শিংদা অসুন্না লাউথোকই, বিষ্ণু ঐগী য়েক্লবনি। মরম অসিনা কনানসু ভসিনগী হৌনা বিষ্ণু পুজা তৌবা য়াররোই। তুলসী থাবা, বিষ্ণুগী মূর্ত্তি নত্রগা অয়েকপা লাংপা, হরি-সঙ্কীর্ত্তন তৌবা অসিনচিংবা পুন্নমক থাদোকক্দবনি। করিগুম্বা কনাগুম্বনা ঐগী য়াথং অসি হিক্তোকপা থোক্লবদি অকমবা চৈরাক ফংগনি।

করিগুম্বা দৈত্যশিংনা বৈষ্ণব থেংনবা থোক্লবদি নামাবলী মুল্লি, চণ্ডল মুথংলি, উরিক-লুগুণ থদংলি। মতম অতুদা করি-গুম্বা কনাগুম্বনা মথোয়গী ওং-নৈবা অদুদা অপনবা পীক্লরবদি দৈত্যশিংনা তমথীবা ফংনা ফু-চৈ নত্রগা মাহাং থীনা হাংলি।

হিরণ্যকশিপুনা মচানিপা মরি পোকই। মচা ইতোন তোম্বা অদুগী মমিং প্রহ্লাদ কৌই। প্রহ্লাদগী ময়াম্বা অদুম অদুগী শক্রম উবদা অকিবা পোকই, অদুগা দৈত্য ওইবগী হৌনশা য়াম্না তমথী। অদুবু প্রহ্লাদদি মথোয়দগী ইত্রোপ-তোপ্লি। মাগী মাইথোং অদু য়াম্না ঈশ্বর অদুগা মপুকচেলসু য়াম্না তপ্লি।

নোংমা প্রহ্লাদনা উগী নিংথিজরবা মূর্ত্তি অমা পায়দুনা শান্নরমই। ফনা কুইনা শান্নরগা মহাক মমাগী নাক্তা চংলকই। মহাক্না মমাদা হংলকই,— মখুংতা বাঁশী পায়বা, মথোঙ অনি কারম চনবা, মকোক্তা ব্রাহোং-মতু থেংপা মূর্ত্তি অসিগী মমিং করি কৌবগে ইমা ?

মমানা হায়রকই—মূর্ত্তি অদু পায়রিবা, হুন্দোকাথো ইবুঙো।

নপাবু নিংথৌনা উখিবা থোক্লবদি ৱা থোক্লগনি।

ইতপ-তপ্না প্রহ্লাদনা হায়রকই,—করিগীনো ইমা?

"নংনা পায়রিবহ্নু নপল ইবুংঙো হাংখিবা কৃষ্ণ হায়বা অদুগী মূর্ত্তিনি।"

অসি হায়রগা মমা কয়াধুনা অতোপ্পা মূর্ত্তি কয়া পীগে কৃষ্ণগী মূর্ত্তি অদু হুন্দোকপ্রসি হায়দুনা মচা প্রহ্লাদবু কয়া থেম্লকই। অদুবু প্রহ্লাদ মূর্ত্তি অদু থাদোকউ শুকয়া য়াদে। উপায় লৈত্র-দুনা মমানা মঙোন্দা মূর্ত্তি অদু কনাস্থু খঙহন-উহন্দনা শান্নৌ হায়রকই।

অস্মুন্না প্রহ্লাদ য়ান্না অঙাং ওইবিদুঙৈদগী হরিভক্ত ওইরকই।

প্রহ্লাদ মশাগী চহি মঙা শুবক্লে। অদুক অঙাং ওইবিবা মহাক হরি নিংবদা মপুক্লিং লুপ্লি।

মহাকপু লাইবিক তম্বিনবগী মরমদা হিরণ্যকশিপুনা মন্ত্রীগা ৱা তান্নবমই। মন্ত্রীগী ৱা লৌদুনা নিংথৌনা প্রহ্লাদবু লাইরিক তম্বান্নবগীদমক্তা যণ্ড অমস্থুং অমার্ক কৌবা দৈত্যগুরু শুক্রাচার্য্যগী মচানিপা অনিদা শিন্নখ্রে।

প্রহ্লাদ লাইরিক তম্বা হৌবে। যণ্ডনা প্রহ্লাদদা হায়রকই,—লাইরিক ফাক্তোক্তিদুঙৈদা গুরুজনশিংবু হান্না খুরুমগদবনি। মদু নত্রবদি লাইরিক হৈরোই। মরম অসিনা নপাবুং মহারাজ হিরণ্য-কশিপুবু হান্না খুরুমগদবনি। অদুগা লাইরিক পাগদবনি।

তপ্না তপ্না প্রহ্লাদনা হায়রকই,—খ্বাইদগী হান্না খুরুমজগদবা মহাক অদুগী মিং পনবিদ্রিবদি করিগীনো, গুরুদেব?

ঙকচান্নবা যগুদা হায়রকই,— প্রহ্লাদ! নংনা হায়রিবহু কনাবুনো?

প্রহ্লাদ—জগংকী মবুংডো কৃষ্ণবুনি। ইবুংডো মাগী থৌজাল য়াউদনা কনানা করি হৈগদগে গুরুদেব!

হায়বিবসি তাবদা যগু তু চুংলক্লে। প্রহ্লাদবু লাইরিক তম্বীবগী মহৈ ওইনা মহাক নিংথৌগী অকনবা চৈরাক ফংলগদ্রা চিংনবক্লে। অত্তবু নিংথৌগী মচা প্রহ্লাদগা মরৈ য়েংনবা-ভুম্বদে থম্দুনা মহাক তুমিন্না লৈক্লে!

"ক" হায়বদা প্রহ্লাদগী থম্মোয়দা থগহৌদনা কৃষ্ণবু নিংশিং-লক্লে। ময়েক অত্তুদা মহাক্না কৃষ্ণগী লিলা উবকই। কৃষ্ণগা লোইননা শান্নমিন্নরি, অস্নুন্না ডাইহাক্তা থানদনা লৈমিন্নরি হায়না মহাক্না থল্লকই। কৃষ্ণগী ৱা তাবদা গুরুগী থম্মোয়দা অৱাবা পোকপগী ফিভম অত্তু উহুনা প্রহ্লাদনা মপুক্লিংগী ৱা অমুক ফোংদোকখিদ্রে।

মচাশিং গুরুগী য়ুমদা লাইরিক তমহুনা লৈরিবহু কয়া য়াম্না হৈববগে হায়বা চাং য়েংনিংলহুনা হিবণ্যকশিপুনা মচাশিংহু পুবক্লব, গুরু অনি অত্তুদা পাও পীখি। নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না যগু অমস্তুং অমার্কনা নিংথৌ মচাশিংবু রাজসভাদা পুরক্লি।

নিংথৌনা মচানিপা অতোপ্পা প্রহ্লাদবু মতম্বাক্তা পম্লগা হংলকই;—গুরুগী য়ুমদা করি করি তম্লকপগে হায়য়ু?

প্রহ্লাদ মপাগী ৱাহং অত্তু তাবদা কপ্লক্লে। নিংথৌনা ওক্লা হংলকই,—করিগী কপ্লিবনো?

মপী তৈথোক্লগা প্রহ্লাদনা হায়রকই,— সংসার অসি মায়ানি! ঐ মফম অসিদা মিংকুপ অমা ফাওবা লৈবি'দ্রে। মায়া-সংসার অসি থাদোক্লুনা চিক্লবা চীংমুং-মানুংদা শ্রীকৃষ্ণবু নিংজবা চংনিংবনা থাবা য়ারে। ইবুংঙোগী ঈংলবা শক্তম অমুক উত্রবা কংলবতদা থম্মোয়গী অক্লাবা কোকই।

হিরণ্যকশিপুনা মচাগী য়া অসি তাবমক্লবা থংশাউ শাউনা মচাবু মতম্বাক্লগী লাক্লুনা ইম্মোকখ্রে! মগু অমমুং অমার্কবু য়েংলহুনা মহাক্না হায়রকই,—মসিরা নখোয়না প্রহ্লাদদা তম্বিবা বিদ্যা? নখোয়গী চাউরবা মরাল অসি হন্দকমুক্তি ঙাকপিরবনি। অদুবু করিগুম্বা কৃষ্ণবু য়েক্লবনি হায়না প্রহ্লাদগী থম্মোয়দা থওহনবা ঙমদ্রবদি নখোয় শোইদনমক দণ্ডি ফংগনি।

প্রহ্লাদ অমুক হন্না গুরুগী য়ুমদা থমখ্রে।

হন্দক্তি গুরু অনি অদুনা প্রহ্লাদবু চবা কয়া হেলবন্দুনা অমসুং ফু-চৈদুনা হরিবু য়েক্লবনি হায়না মাগী থম্মোয়দা থাজহন্নবা কন্না হোংনৈ। গুরুশিংনা ওং-নৈবা অদু মহাক তুমিন্না থাই।

নোংমা নিংথৌনা প্রহ্লাদগী পুকচেল হোংলবরা চাং য়েংই।

মতম অদুদা প্রহ্লাদনা হায়রকই,—হরিনাম শোণ্ডবদা নচাবু অপনবা পীবিরগনু।

মচাগী য়া অবদা হিরণ্যকশিপু অশাঙববু থম্মোয়দা কাজিনদুনা থগা অমুক ঙম্মক্তে। মহাক্না গুরু অনি অদুবু চৈরাক

শীগদবগী খোৱাংলক্লে। মচু উবদা যও অমসুং অমার্কনা হায়র-রকই:—ইরাল নৈজদবা ঐখোয়বু শাস্তিবিগদবু মহারাজ! ঐখোয়না নত্তা-ইবুংঙোদা মসি তম্বিবরা তম্বিদবরা অমুক্তা হায়া হংবিখো।

অসি তারবদা মিতুখৌনা প্রহ্লাদদা হংলকই,—হায়বু ওজ্বা, পুন্নমক অসি কনানা তম্বিবগে? দৈত্যগী অয়াংবা শাগৈদা পোক্লগা নংনা দৈত্যগী মিংচং থিহন্নবা করিগী শিল্লিবনো?

প্রহ্লাদনা অকিবা নৈতনা হায়রকই,—নৈশেম্বা মপু মশামক্তা পুন্নমক অসি ঐঙোন্দা তম্বিবনি। ইবুংঙো মাবু নিংজন্ত্রবা মহাক অছুদি মীনি হায়না লৌদবা য়াই।

হিরণ্যকশিপু শাউবনা মশা থক থক নিক্লক্লে। মহাক্না হায়রকই— ঐগী ইচানা য়েক্লবা হরিগী মনাই ওইপ্লবা! নংবু হাংকনি, মবুংঙো কৃষ্ণ অছুনা নথল্লায় কনবা ঙম্বরা য়েংগে। কুম্ভনাক! ঘাটকা লোইননা চংলু: প্রহ্লাদগী অককপা মকোক অদু ঐ উবা পামই। মসি নিংথৌগী য়াথংনি হায়বা কাউ-রক্লেহ্নদবনি।

নিংথৌগী অকনবা য়াথ, অদু তারবদু প্রহ্লাদগী মাইথোংদা অকিবগী মমি অদে।

কুম্ভনাক্না নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না ঘাটকা লোইননা প্রহ্লাদবু মীহাং-পুংদা পুহনা চংক্লে।

মী তাদবা অহাংবা নম্বাক অহুনী মচি মচিদা মীগী শরু পোল্লাং, অপুক্তা হকলং ভৌঁকাক হকচাংগা তোঙাম-তোংঙান

অহুনা কয়া লৈ। অমুম্না মফম অসিদা ঈনাক খুনবা, লাইরবা সাধু, চণ্ডাল কয়া কয়া মুংডাইনা তুম্মি।

মফম অসিদদি কনাগা কনাগা শেম্নবা লৈতে। অম্মুনা অমগা অমগা চান্ন-চিম্ননা লৈম্মিন্নবা কদায়দা অমুক লৈরমথিগদগে ? ডসি, মপাগী য়াথংদগী হরি-ভক্ত প্রহ্লাদবু মফম অসিদা বন্দি তৌগদৌরিব্বনি।

প্রহ্লাদ, মাগী মামা কুম্ভনাক অমস্মুং ঘাটকা লোইননা লম্মাং অহুদা থুংলরে।

কুম্ভনাক্না হায়রকই,— প্রহ্লাদ ! হৌজিকস্মু মতম লৈরি, হরিনাম থাদোক্লবদি ঐনা নথরায় কনবিবা ডমগনি।

প্রহ্লাদনা হায়রকই,—মামা ! হরিনাম শোন্দনা ঐ মিংকুপ অমা ফাওবা হিংবা ডম্মোই। মামাস্মু অমুক্লদি হরিনাম শোনবিয়ু। মহু ভাজরগা ঐ হরাও হরাও শিজ্জথিগে।

উপায় লৈত্রহুনা কুম্ভনাক্না ঘাটক্তা প্রহ্লাদগী মডক কক্লবা য়াথং পীখ্রে।

অহুবু ঘাটক অহুক য়াম্না অডাং ওইরিবা নৌরিবা প্রহ্লাদগী ঈংলবা মাইথোং অহু ডাইহাক য়েংহুনা লৈরগা খুংলায় থাদোকহুনা তুম্মিন্না মফম অহুদগী থোকখ্রে।

অম্মুম্না ঘাটক খুংলায় থাদোক্নুনা চংখ্রবদা কুম্ভনাক্না প্রহ্লাদগী মডক তম্না থং হাইথরক্লে। অহুবু থডহৌদনা থাং অহু থাংথোক্তা তেকখ্রে। কুম্ভনাক্না অতোপ্পা থাং অমমুক পায়থৎলগা মাগী মডক কক্লনবা হোৎনরকই। অহুবু থাং অহুস্মু তেকখ্রে।

ঙক্রদুনা কুম্ভনাক্না প্রহ্লাদ য়েংলদুনা হায়ৗকই,—প্রহ্লাদ! থা অনিমক থাখোক্না তেকথ্রিবনি হরিনামগী গুন্নবা?

প্রহ্লাদনা হায়ৗকই,— অচুম্বনি মানা।

মদু তাবদগী কুম্ভনাক হরিনাম শোন্না শোন্না মফম অদু থাদোক্লুনা চংখ্রে।

নিংথৌগী অশোনবা পাও পুবা দূত অমনা থৌদোক অদু লোন্না য়েংলমই। মহাক্না চেন্দুনা থৌদোক অদু নিংথৌদা তাকলুরে।

নিংথৌনা প্রহ্লাদবু অঙাওবা শামুনা নেংথায়হন্দুনা হাংননবা য়াথং পীখ্রে। শামু অদুগী মাংদা প্রহ্লাদ মনিং উইশিন্দুনা হরিনাম শোন্দুনা লৈখ্রে।

মাউংনা ফনা হোংনদুনস্থু অঙাওবা শামু অদু প্রহ্লাদবু নেংথায়য়ু হায়বা য়াদ্রে। শামু অদুনা প্রহ্লাদবু মনাতোলনা কোংথংলগা মনঙ্গলদা নিংথিনা থাংগৎখ্রে।

মদু উবদা হিরণ্যকশিপুনা প্রহ্লাদবু কৈশুমশঙদা থম্মু হায়না য়াথং পীখি।

প্রহ্লাদ মম্নবা কৈশুমশঙদা হরিনাম শোন্দুনা চাথ-থক্তবগী অন্নাবা থাংদুনা লৈ।

মচাবু করিমত্তা পীজ-পীথক্তনা নুমিৎ কয়ানি কৈশুমশঙদা থমগ্রবদা রাণী কয়াধু মচাগী মৈচাক থাংবা ঙম্লক্তে। চাক চথোম অমত্তং ওইরবস্থু মচাদা পীজগে হায়না মহাক্না নিংথৌদা হন্না হন্না হায়জরকই। মহাক্না হায়জবদু নিংথৌনা য়াবিরে।

অদুবু হূ তোংপ চাক প্রহ্লাদদা পীজৌ হাযনা বাণীদা নিংথৌনা অকনবা যাথ পীখ্রে। মপুবোইবগী যাথং ইনবা সত্তীগী তৌকম থোকপা থৌদা ওইবনা বাণীনা তমথীববা যাথং অদু ইন্দবা যাদে।

উপায লৈত্রবী বাণী কযাবু হূ তোংপা চাক পুত্থনা মচাগী নাক্তা লাক্লে। চংনা চংনা মহাক্না ঈশ্বরগী মফমদা অসুন্না হাযজবকই,—হে ঈশ্বর! মসিবু নগী কবম্বা চা যেংনো? ঐ প্রহ্লাদগী মমানি। অদুবু ইপুবোইবগী যাথং ডাক্লনবগীদমক মমা ঐনক্না ইচাদা হূ অসি পীজবা তাৎবা! ইবুঙো নংনা ইচাগী মথৱাযদদি কনবিযুকো।

কনা কনা শী মচাগী মনাক যৌরক্লে।

মমাবু উবক্তদা প্রহ্লাদনা হাযরকই,—ইমা! নচাগী চাননবা পুক্রগা অদুগা লেপ্পুনা কবি থল্লিবনো? ঐগী হবি চবা হেন্দুনা লৈরে। অদু পীখ্রে ইমা, হবিদা কংলগে।

অসি শাবদা থম্মোয-মৈশা পুডমদ্রমাল্লে বাণী খোঙ্গেল শোকন কপ্লক্লে। হাযরকই—ইমানা পুক্রিবসে হনিনে ইবুঙো। নপাবুগী যাগ মতুং ইন্না হূ তোংনবা চাক অসি নঙোন্দা পী নবা পুরকির্নি।

মমা মখুত্তগী হূ তোংপা চাক হাপ্লিবা পুগম হদু প্রহ্লাদনা লৌখ্রে। বাণীনা থাম্বা নংহৌদ্রে। প্রহ্লাদনা হাযবকই,— ইমা! ননা ঐঙোন্দা পীজনবা পুরকপবু হূ ওইবা হৌনদে।

অসি হায়বগা মহাক্না হবিগী মফমদা হূ তোংপা চাক অদু কংলকই।

নিংথৌগী অশোনবা পাও পুবা দৈত্য অনিখক্না বাণীনা হূ অদু পীহনবা পীহনববা লোন্না য়েংলি।

মখোয়না উহকে, প্রহ্লাদগী মনাক্তা থওহৌদনা মশক থওদবা অচাং অমা কম্নবে। অদুগা মখোয় অনি হূ তোংপা চাক অদু ইন্নদুনা চামিন্নবি।

প্রহ্লাদগা চাক চামিন্নবিবা নিপামচা অসি শ্রীকৃষ্ণনি।

থৌদোক অদু উবদা দৈত্য অনি অদু ইচক-চকখ্রে। মখোয়না চংখিদুনা নিংথৌদা পূমনক অদু তম্মুরে।

পাও হেক ফংবগা হিরণ্যকশিপু কৈশুমশওদা লাকই। প্রহ্লাদনা কনিমত্তা চিনবা লৈতনা হূ তোংপা চাক হবাওনা চানিবদু উরে; অদুবু নিংথৌনা কৃষ্ণবুদি উবা ফংদে।

হূ পীহনদা শিদ্রবা অদুনা নিংথৌনা প্রহ্লাদবু অহাবা চীথক্কুগী লংথতুনা হানননবা যাথং পীখ্রে।

নিংথৌগী দূতশিংনা মখোয়-মখুং পুন্দুনা প্রহ্লাদবু য়ুম চীংথক্তা পুথংলক্লে। প্রহ্লাদ হন্দনা শোনবা থক লেপ্পে। মীহুৎনা থওদবা দৈতশিংদুনা মহাকপু চীংথক্কুগী লাক্কুনা লথংখ্রে। হরি-নামগী গুন্না অকনবা লৈবাক লশিংগুম থোংখ্রে। মালেম-লৈমানা মচা প্রহ্লাদবু হপাও হপাও মতম্বাক্তা ওকখি।

প্রহ্লাদ মমাগী মনাক্তা হল্লক্লে।

মদু উবদা হিরণ্যকশিপু শাউবা হেনগংখ্রে। মহাক্না হায় কই,

—প্রহ্লাদ হাংননবা মৈগী কুণ্ড অমা চাউনা শেম্মু। মতুদা কনানা মাবু কনবগে য়েংশি।

দৈত্যশিংনা চাউরবা মৈগী কুণ্ড অমা শেম্লে। হন্দক্তি নিংথৌ মশামক্না প্রহ্লাদবু ফৈবম্ননা পম্নগা চংদুনা চাক্লিবা মৈগী কুণ্ড অতুদা লংশিনখ্রে।

প্রহ্লাদ হরিনাম শোনবনা মশাদা মৈগী মৈশা ফাওদে, মৈ অঙ্গংবা ঈশি গুম ঈ খ্রে। মহাক্না কৃষ্ণগী মতিক-মগুণ শক শোন্দুনা মৈমুংদা জগোই শারক্লে।

মৈনস্থু মহাকপু চাক্রুবতুদা দৈত্যনিংথৌগী থম্মোয়দা চিনবা ৱাখল কয়া পোক্লক্লে।

নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না দৈত্যশিংনা প্রহ্লাদবু হাংননবা সমুদ্রগী তোর্ব্বান্দা পুরক্লে। অঙাং ওইবিবা প্রহ্লাদগী মখাংদা মথোয়না চাউরবা নুংতুম অমা য়ানশিনবিরে। মথোয়না ওং-নৈরিবতুগী অৱাবা ভক্তগী মশাদা ফাওদে। প্রলয়গী মতৌগুম ঈথক হৌরিবা সমুদ্র ঈয়াইদা থৌজালগী মপু শ্রীকৃষ্ণগী নিংথি-জরবা মূর্ত্তি ভক্ত প্রহ্লাদগী মমিৎতা উরক্লে। কৃষ্ণনা বাঁশী খোংলতুনা মনাইবু তোইনা কৌরি।

মতু তারবদা প্রহ্লাদনা "লাকচরে, লাকচরে" হায়না খুম্লকই। অতুগা দৈত্যশিংদা মহাক্না হায়রকই;—নখোয়না ঐবু য়ান্না থুনা সমুদ্রদা লংথবিরো। থিস্থরবদি ঐগী হরি চংথ্রগনি।

অসি তাবদা দৈত্যশিংতুনা ইওক-ওক্লতুনা অমগা অমগা য়েংনরকই।

ভক্ত প্রহ্লাদবু মখোয়না সমুদ্রদা লংথখ্রে। মহাক সমুদ্র ঈরোন্নুংদা লুপথখিদুনা উবা ফখিদ্রে।

অদুবু অঙকপনি! দৈত্যশিংদুনা কোন্নুংদা থুংলদ্রিঙৈদা প্রহ্লাদদি মমাগী মনাক য়োরক্লে।

হিরণ্যকশিপুনা মহাকপু হাংননবা শিনবা থৌবাং পুন্নমক অসুন্না অরেম্বা ওইরে। নিংথৌনা মন্ত্রীদা হায়রকই,— প্রহ্লাদ অসি শোইদনমক যাদু হৈরমগনি। মদু নত্তনদি মাবু হাংননবা কয়া হোংনবা অসিদগী হিংলকপা ওইথোক্কবনি। মাগী মখুংতা দৈত্য শাগে মাংলগদ্রা চিংনরে। লমহৈনবা হরি-ভক্ত অসিবু করম্না হাংসিগে অমুক্তদি মুন্না খল্লগা হায়য়ু মন্ত্রী!

মওল মওল কয়া খল্লগা মন্ত্রীনা হায়রকই,— মহারাজ! দৈত্যগুরু শুক্রাচার্য্য লম কোইবা চৎখ্রি। হল্লক্লগা মঙোন্দা প্রহ্লাদ শিন্নবিয়ু। দৈত্যগুরু লেংঙক্ত্রিবা ফাওবা মহাকপু ষণ্ড অমসুং অমার্কগী মনাক্তা থম্বিয়ু। মখোয়বু মতম খরা ব্লারক ব্লাতেম্মন্দুনা প্রহ্লাদগী মপুকচেল হোংলকপ্রসু য়েংসি।

প্রহ্লাদ গুরুগী য়ুমদা অমুক থমখ্রে। দৈত্য-মচা কয়া কয়া মফম অদুদা পুরক্কুনা থম্নরে। মমান্নবশিংদুগা তোংন-তীন্নরগা প্রহ্লাদগী মপুকচেল হোংলক্লবা নিংথৌনা শিল্লিবনি।

অদুবু হরি-ভক্ত অথোইবা প্রহ্লাদগী মচিন্দা হরিনাম শোনবা থক লেপ্তে। মদু উবদা মহাক্না নৈমিন্নরিবা মমান্নবশিংদুনা হংলকই;— নহাক্না তত্তনা হরিনাম শোল্লিবসি নপুক্লিংদা করিমত্তা অকিবা পোক্কবরা? নিংথৌগী অকনবা চৈরাক কিদ্রা?

মখোয়গী ৱা তাবদা প্রহ্লাদনা হায়রকই,— কৃষ্ণগী নাম অমুক্তং শোনবদা মীওইবগী পাপ পূরমক কোক্লিবনি। ইবুংগো মহাক্কী নাম শোনবদা থম্মোয়দা নুংগাইব-ঈথক কয়া হৌরবহে। সংসার অসি মায়ানি। শিবদা কনান, কনিস্তু পুহনা চংশিবা য়ারোই। মৈশানবীগী মতৌগুম মীওইবা ঐখোয় মায়াগী লানা থুশিবিনি। লাং অহুবগী নাংগ্রকবা শ্রীকৃষ্ণগী নাম অমুক্তদি শোন্নু, মহুদা নখোয়গী থম্মোয়দস্তু শোইদনা নুংগাইবগী ঈথক হৌরক্কনি।

অসি তাবরদা দৈত-অচাশিংহু হরিনাম শোন্নহুনা চংগোই শাক্লে। অস্তুন্না দৈত-অচাশি হু প্রহ্লাদগা মতম থবদং লৈমিন্নবা ফংজবদগী হরি-ভক্ত ওইখ্রে।

মহু উদহুনা ষণ্ড অমস্তুং অমার্ক দৈত্য নিংথৌ হিরণ-কশিপুগী মনাক্তা চেল্লক্লে। মখোয়না নিংথৌদা থোদোক অহু তম্লে।

দৈতশিংগী য়াগ মতু ইন্না দৈতশিংনা প্রহ্লাদবু মাবা লাক্লে। মখোয় লাকপা উবদা প্রহ্লাদনা মমান্নবশিংহুদা হায়-রকই,— ইবুংগো মহাক্কী নাম শোনবদা নিংথৌরেল কনানস্তু ঐখোয়বু দণ্ড পীবা ঙম্মোই। অদুগা ইবুংগো মহাক্তি ভক্তগী অরাবা যেংহুনা থক লৈথোকপা ঙমদে। ঐখোয় চিনবা লৈতনা হরিনাম শোন্সি।

অদুগা শিংনা খোঞ্জেল য়াংনা হরিনাম কীর্ত্তন তৌংক্লে। দৈতশিংনা প্রহ্লাদবু মখোড-মখুং পুন্দুনা পুথ্রে।

নিংথৌনা প্রহ্লাদ য়েংলদুনা হায়রকই,—মরোল অহুম্মক্তা লৈব্নিবা মী লাই হিংচাবা পূন্নমক্না ঐবু সেবা ঙৌবিবনি। অদুগ ঐগী ইচা ননা ঙাংগী য়েক্কবা হব্নিবু নিংলিবা কব্নিগীনো? ন শিনি দ্রব্নিদি হব্নিনাম থাদোক্কুনা ঐগী সেবা ঙৌগদবনি'

মপাবুং খুকন্নদুনা প্রহ্লাদনা হায়রকই,— নহাক্তি ঐবু পোকব্নিবা ইপানি, নহাক্কী সেবা শোইদনা ঙৌঙগনি। অদুবু পাবনা মরোল অহুংগী মপুদি নত্তে। মরোল অহুম্মক্কী মপু, জগৎ শেম্বিবা ইবুংঙো মহাক্কী নাম অমুক্তদি শোনবিযুনে পাবুং!

মচাগী মতিক্নী হব্নিনাম তাবদা হিরণ্যকশিপুনা মচা লাইবক্তা খোংপাক্না শাফু কন্না কাউখ্রে। খোংলবা হকচাং অকনবা চৈনাখোল ফংলবদা প্রহ্লাদনা হিক হিক কপ্লদুনা হব্নিবু কৌজরক্লে।

মতম অদুদা হিরণ্যকশিপুনা প্রহ্লাদবু থানা য়েংলদুনা হায়রকই,— করায় নগী হব্নি? মহাক মতম পুন্নমক্তা লৈ হায়বা নত্রা? মদু অচুম্বা ওইরবদি নুংগী য়ুরী অসিদা লৈ থোকই। নগী হব্নি অদু মশক য়েংগে কৌ নত্রবদি নং শোইদনা হাংকনি হায়বা থর্ড্র।

হায়ব্নিবসি তাবদা প্রহ্লাদনা মপুক্নিং চপ যুনা ভবান হব্নিবু কৌজরক্লে। হায়জরকই—কদায়দা লৈবাগা থোংনা ... হব্নি নবুং অমুক্তদি দর্শন পীব্নিয়ু।

অসুম্না প্রহ্লাদগী মক্তবা থম্মোয়না কৌজরিবদু ... ভগবানা ভক্তগী অনিংবদু থু হল্লগা থনখ্রে।

নূংগী য়ুম্বী অদুগী মন্নুংদগী হুংকার তৌদুনা মনাইদা চান-বিবগী খুদম পীবক্লে।

মতু তাবদা হরিনা থৌজালবিরে খঙলদুনা প্রহ্লাদনা হায়-রকই,—য়ুম্বী অসিগী মন্নুংদা হরি লৈ। অমুক্তদি মুন্না য়েংবিয়ু পাবুং—য়ুম্বী অসিগী মন্নুংদা লৈরিবসি উবিগনি।

অসি তাবগা হিরণ্যকশিপুনা য়ুম্বী অদু থুগায়খ্রে। মতুগা লোইন-লোইননা কায়রবা য়ুম্বী অদুগী মন্নুংদগী ভগবান শ্রীহরি অকিবা শক্তম লৌদুনা চোংথোরক্লে। অঙকপা ফংনা ৱাং-চাউবা, নোংশা মকোক পানবা, হকচাংনা মী ওইবা মূর্ত্তি অসি নর-সিংহনি। মহাক্না মালেম নিক্না ঙংলকই। মরৈ হা হা তম্লদুনা নরসিংহনা হিরণ্যকরিপুবু মতম্বাক্তা ফৈবম্না পমখ্রংখ্রে। অদুগা মহাক্কী থৌরবা খুজিন্না হিরণ্যকশিপুগী মবুক শেগায়রগা ঈ থক্লক্লে।

মখুং লোন্নদুনা প্রহ্লাদনা নরসিংহবু খুরুমজরকই।

ভগবান নরসিংহনা হায়রকই,—প্রহ্লাদ! নংগী অশেংবা থম্মোয়সে উবদা ঐ পেল্লে। অদুগা নংগী নপাস্থু ঐগী খুংতা শিরবনা স্বর্গ কারগনি।

প্রহ্লাদ তমথীবা দৈত্য শাগৈদা পোক্লবস্থু ঈশ্বরগী অচানবা ভক্ত ওইদুনা পোকপগী মহৈ য়ানখি।

---

# ঙাগী শাইওন

প্রজাপতি ব্রহ্মানা লৈশেম্বনি। মথং মথং শেমগংলক্কনা লৈশেম মপুং ফাবদা প্রজাপতিগী থবক লৈত্রে। মহাক্কা শেম্লিবা পুন্নমক অহু য়োকথংপা বিষ্ণুগী অহুগা মাংহন-তাকহনবনা মহাদেবগী থৌদাংনি। প্রলয় তৌগ্রবা মতুংদা ব্রহ্মানা অমুক লৈশেমগদবনি। মরম অসিনা মতম শা-না মথৌ হাংলদুনা ব্রহ্মা পোথাহুনা লৈগ্রে।

অস্তুন্না ব্রহ্মা অশিবগুম কন্না তুম্লি। থঙহৌদনা মাগী মচিন্দগী বেদ নাম্থহুনা তাগ্রে। মতম অহুদা হয়গ্রীব কৌবা দৈত্য অমা ব্রহ্মাগী নাক্তা মনাই ওইনা লৈরমই। বেদ তাখিবদু উবদা দৈত্য অহুনা থল্লকই, 'লৈশেমগী থৌরাং পুন্নমক বেদদা য়াউরিবনি। হৌজিক ঐনা বেদ অসি পুহুনা চেল্লবদি ব্রহ্মানা অমুক নৌনা লৈশেম্বা শুকঙম ঙম্লরোই। অহুগা হৌজিক মহেশ্বরনস্তু লৈশেম মা হনবা কন্না হৌরক্লি। তাঞ্জা অসিদা ঐনা নিংলিবসি পা-থোক্লবা হোংনরবদি লাইয়ামগী পাঙ্গল শোইদনা ময়েং তাগনি। অহুগা দৈত্য ঐথোয়গী পাঙ্গল য়াম্না হেনগংকনি।'

অস্তুন্না থন্দুনা হয়গ্রীব কৌবা দৈত্য অহুনা বেদ পুহুনা চেনখ্রে।

তুম্লিবনা ব্রহ্মাদি থৌদোক অহু করিমত্তা থঙলমদে। থৌদোক অহু কনানস্তু থঙহৌ-উহৌদে। অহুবু পুন্নমক থঙলি-উরিবা বিষ্ণুদি থৌদোক অহু উরমই। মহাক্কা মপুক্লিংদা থল্লকই, করিগুম্বা

হয়গ্রীবগী মখুত্তগী বেদ লৌহৌদ্রবদি প্রলযদা লৈশেম অসি মরু ফংনা মাংখ্রগনি, অদুগা অমুক হন্না লৈশেৎস্নু ডম্লবোই।

জগৎকী যাইফনবা শিনবিগা নন্দুনা ভগবান বিষ্ণুনা যান্না পিক্রবা ঙা অমগী শক্তম লৌদুনা কৃতমালা তুরেলগী ঈরোন্নুংদা লৈখ্রে।

প্রলয় নকশিল্লকপা উংদুনা ব্রহ্মাগী মচা মনু কৃতমালা তুরেন্দা তর্পন তৌবা লাকই। তুরেলগী অকনবা ঈথক-ঈপোগা য়ান্না পিকপা ঙা অমা মুনিগী মনাক্তা পুশিএক্লে। মুনিনা তর্পন তৌননবা ঈশিং খুজোক থন্না শোকংলকপদা পিক্রবা ঙা মচা অমা য়াউংক্লে। মুনিগী খুজোক্কী ঈশিংদা য়াউংক্রিবা ঙা মচা অসি বিষ্ণুগী শাইডন অদুনি।

খুজোক্তা য়াউনিবা ঈশিং থজিক্তুং অদুদা য়ান্না পিকপা ঙা অমা চাদুনা শান্নবিদু উবদা মুনিনা তুরেল অদুদা থাদোক-খ্রগে থল্লকই।

মুনিগী ৱাথল অদু থংলদুনা খুদক অদুমক্তদা ঙা অদুনা হায়দকই,— মুনিদেব! ঐ অমুক পাক-চাউংবা ঈশিং অদিদা লৌবা য়ান্না কি দুনা মুনিদেবগী খুজোক্কী ঈশিংদা লৈববদি পোৱাব হিংজগদ্রা থদুনা লৈজবিনি। তুরেলনিদা থাদোকপিববদি ঐন্ অচৌবা ঙাশিংনা শোইদনা শাদোক তমগ্রগনি। ঐগী থবায় কনবিয়ু মুনিদেব!

হায়বিবদু তাবদা মুশিনবিদুনা মুনিনা ঙা অদু আশ্রমদা পুরক্লে। অদুগা লৌখা ঙা অদু কমণ্ডলুদা য়োক্তুনা থমথ্রে।

থংনবা নুমিৎকী অয়ুক্কি। য়াহৌবগা মুনিনা য়েংবদা কমণ্ডলুদা য়োক্লিবা ভা অদু চাউবম্লে। মুনিনা ভাদু থবা চাউবা প্রাত্র অমদা য়োকখ্রে। মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্কা মুনিনা য়েংলুবদা ভা অদু য়াম্না চাউরম্লদুনা পাত্র অদুদা মশা কোনশিন্দুনা য়াম্না ৱানা লৈরংই। মুনিনা য়াম্না চাউবা পাত্র অমদা ভা অদু য়োক্লে। অদুবু থংনবা অয়ুক্কা য়েংলুবদা ভাদু অংকপা ফনা চাউবম্বা উবদা মুনি চকখ্রে।

মুনিবু উবমক্কুনা হায়রকই,— মুনিদেব! পাত্র সিদা লৈবা য়াম্না ৱারে। ঐবু পুখ্রিদা থাদোকপিয়ু।

মুনিনা ভা অদু পুখ্রী পুখ্রীদা থাদোকলুরে। উনা উনা ভা অদু পুখ্রী অদু পিক থন্না চাউরক্লে।

মতম অদুদা ভা অদুনা মুনি য়েংলদুনা হায়রকই,—হৌজিকনক ঐবু অচৌবা পাং অমদা থাদোকপিয়ু।

ব্রহ্মাগী মচা মনুনা ভা অদু অচৌবা পাং অমদা পুদুনা চংখ্রে। পাং অদুনা থাদোকপগা ভা অদু পাং অদুগুম চাউরক্লে।

হন্দক্তি মুনিনা মাবু সমুদ্রদা থাদোক্নবগী পু ক্লে। অদুগ সমুদ্র উবমক্কুদা কিংদুনা ভা অদুনা হায়রকই,— ঐবু সমুদ্রদ থাদোকপিগনু। মফম অসিদা লৈবা তমথীববা ঈশিগী জীব- শিনা ঐবু শোইদনা হাংথিগনি। ঐবু অতোপ্পা মফম অমদ থখিয়ু।

অসি তাবদা মুনিগী থম্মোয়দা চিনবা কয়া পোক্লে মহাক্না হায়রকই,— নহাক্কী পরিচয় ঐবু অমুক নমথাক তৌবিয়,

শেংনা তাকপিয়ু। নংবু বৈকুণ্ঠ বিহারী হরিরা নত্রগনা কনানো? ঐবু লোনম তৌহুনা হুবিনা ঙাগী শক্তম লৌহুনা য়ে বিবকপরা?

ঙা অহুগী মফমদগী পাওখুম অমত্তা ফ দ্রে। মতম অহুদা যোগ-শক্তিনা য়েংবদা ঙা অহুগী অশেংবা শক্তম মুনিনা খঙলে।

হরিনা শক্তম লৌরিবা ঙা অহুবু খুরুম্মহুনা মুনিনা হায়জরকই,—ইবুংঙো ননা করিগীদমক্তা ঙাগী শক্তম লৌরিবনো? থৌ-জালবিহুনা মহুগী মরম তাকপিয়ু।

মুনিগী ৱা তাবদা ঙাগী শক্তম লৌরিবা ভগবান্না হায়রকই,—তাও মুনি, প্রলয় তৌগদবা নুমিৎ তরেংনিতা ঙায়রে। প্রলয়দা লৈশেম অসি মাংগ্রগনি। মতম অহুদা ঐদি ঙাগী শক্তম লৌহুনা কোইচং চংতুনা লৈগনি। প্রলয় অহু য়ৌরকপগা য়াম্না চাউবা হি অমা ঐনা পীরক্কনি। নংনা পাম্বী থুদিংমক্কী চার লৌরগা হি অহুদা হাপচিনগদবনি। অহুগা শা, উচেক, মী পুম্নমকপু নংনা খোমহুনা পুবক্লগা হি অহুদা তোংহনগদবনি। প্রলয় অহুদা লৈশেম অসি মাংগ্রগনি। নুমিৎ-থা ফাওবা মাংখিগনি। অম্মুম্না লৈশেমগী খুদম কদায়দসু উবা ফংলরোই। হিদা য়াউবা অমদি তোংবশিং অদুদি প্রলয়না মাংহন-তাকহনবা ঙম্লোই। হিদা তোংখংপগা নংনা ঐবু নিংজগদবনি। মতম অহুদা ঐনা মচি পানবা ঙা অমগী শক্তম লৌহুনা লাক্কনি। অহুগা প্রলয়গী ঈথক-ঈপোম কনখংলকপগা অনন্ত কৌবা লিল অহু ঐগী য়াথং মতুং ইন্না লাক্কনি। থৌরি ওইনা অনন্তগী মমৈনা হি অহুদা পুনগদবনি অহুগা মাগী মকোক থংবা শরুক অহুনা ঙা অহুগী

মচি অহুদা চেংনা পুনশিনগদবনি। ঐগী য়াথং অসে নিংথিনা ইল্লবদি নথোয় করিস্সু কিনিংঙাই লৈতে

অসি হায়রম্লগা চাউরবা ঙা অহু সমুদ্রদা লুপথখিহুনা উবা ফংখিদ্রে।

মুনি আশ্রমদা হল্লক্লে। মহাক্না ময়ামদা প্রলয় তৌরগনি হায়বা অহুগা মদুদগী কন্ননবা উপায় অহুস্সু খঙহনদ্রে। অহুবু মহাক্না হায়রিবহু অয়াব্বা মীনা থাজদহুনা অঙাওবগী চোইরোলনি থনখি।

মুমিং তরেৎনি তৌদ্রে। প্রলয় তৌবা হৌরক্লে। মতম অহুদা হরিনা মমুগী মনাক্তা হিজাও অমা থাবিরক্লে। মুনিনা পাম্বৌশিংগী চাবহু হিমুংদা হাপচিল্লে। শা, উচেকশিংস্সু হিমুংদা চংদ্রে। মুনি মী থরগা লোইননা হি অহুদা তোংদ্রে।

প্রলয় অকিবা ফংলবা শক্তম লৌরক্লে। মুমিং লৈত্রে, থা লৈত্রে। প্রলয়গী ঈরাওখোল্লনা মাইকৈ পুম্নমক ইনিন-নিনদ্রে। পৃথিবী তমথীরবা প্রলয়গী ঈশিংদা অস্সুম অস্সুম লুপথদ্রে। মচি মচিদা লৈমায় চাউনা চাউনা চেকথায়হুনা ঈশিং কাপথংলক্লি। কল্লবা প্রলয়গী ঈযক্তা পৃথিবীগী ম্রাংলবা চীংদোল পুম্নমক থুগায়দ্রে। প্রলয়গী ঈশিং নত্তবা মক্কম কদায়দস্সু লৈশেমগী খুদম অমত্তা উবা ফংখিদ্রে।

অকনবা ঈথক-ঈপোম্না য়ৈহুনা অহুহি লাক্কদবগী তৌরক্লে। মতম অহুদা অথোইবা মুনি মমুনা মপুক্লিং অনি লোংদনা ঈশ্বরবু কৌজরক্লে।

মচি পানবা উবদা অকিবা পোল্লবা ঙা অমগী শক্তম লৌরদুনা ভগবান্না ভক্তদা দর্শন পীবিররে। অদুগা অনন্তসু মফম অদুদা লাক্লে। হান্না ভগবান্না তাকপিথিবগী মতুং ইন্না মুনিনা লিল অদুগী মমৈনা হিদা অদুগা মকোক থংবা শরুক অদুনা ঙাগী মচি অদুদা চেংনা পুনশিনখ্রে। জগৎকী মপু নারায়ণগী থৌজাল অদু উবদা মুনিনা মথুং লোন্নদুনা ঈশ্বরগী মতিক-মগুণ শক-শোঞ্জরকই।

মচি-পানবা ঙা অদুনা হি অদু প্রলয়গী মপাল নাইদ্রবা সমুদ্রদা কোইপু পুদুনা চংলি।

মতম কুইনগী তুংদা প্রলয় অদু লেপখ্রে।

ব্রহ্মা মিংকপ থোক্লক্লে। মচানিপা মনুনা চেংন থম্মিবা পান্নীশিংগী চার অমসুং মরুশিংদুনা ব্রহ্মানা অমুক ইনৌ-নৌনা জগৎ শেম্বা হৌরক্লে। নৌনা শেমগংলিবা জগৎ অদুগী মপু হায়বদি নিংথৌ সত্যব্রত মনুনা ওইরে।

নারায়ণনা লাল তৌদুনা হয়গ্রীব দৈত্য হাংদুনা বেদ পুরক্লগা ব্রহ্মাদা শিন্নররে। অসুন্না দৈত্যনা অরেম্বদা মাংহনখ্রগবদা বেদ ভগবান্না কনথি। অদুদা নত্তনা ঙাগী শাইওন লৌদুনা ইবুংঙো মহাক্না প্রলয়দগী জগৎপুম্ব কনবিথি।

# অম্বরীষ

সত্যযুগতা নাভাগ কৌবা ধর্ম্ম চেনবা নিংথৌ অমা লৈবমই। মহাক্কী মচানিপা অমখক লৈ। মচা অতুগী মমিং অম্বরীষ কৌই। মহাক অঙাং ওইবিৱৈদগী ঈশ্বরদা ভক্তি য়াম্না লৈ। কৃষ্ণপ্রেমগী ঈপাক্তা তাউতুনা অম্বরীষ মতম খুদিংমক্তা হরিনাম শক-শোন্দুনা লৈ। অতুবু মহাক যুগ্নানবদা মপুক্লিং চংদবদি নত্তে। মতম অতুদা মাগুম্বা অথোইবা ভক্ত কনাস্তু লৈবমদে। মহাক থম্মোয়দা নাপল মবিক অমত্তা পকত্রবা হরি-ভক্তনি।

মহাক য়াম্না নহা ওইনা নিংথৌ ওইরমই।

য়েক্লবা লৈতনা অম্বরীষনা লৈবাক ঙাক্লমই। মহাক্কী থম্মোযদা নাপল যাউদবা, বৈরাগ্য ওইবা পূন্নমক অসি থম্লুবদা ঙক্লিংঙাইনি। মবমদি মাগী যাথং ইন্দ্র ফাওবনা ইল্লিবনি। মথৌনি হাযবগী-দমক মহাক লৈবাক ঙাক্লিবনি নত্রবদি উমংদা লাইনি বা চংথিংম্বা য়াই।

অতুক মগুণ লৈববা নিংথৌ অম্বরীষনা মখুংমক্তা হরি-মন্দির শেংদোকই অমসুং ঈশিংনা তৈথোক-নাম্থোকই। অতুগা হবিগী মতিক-মগুণ তাজবা অমদি শোঞ্জবনা মাগী অথোইবা মথৌ ওই'মই। সাধু-সজ্জন লাক্লবদি মহাক য়াম্না হবাওই। অতিথি সেবা তৌদ্রিবমখৈ মহাক কবিমত্তা চাদে-থক্তে। অম্বরীষ নিংথৌগুম্ব' বিষ্ণুদা ভক্তি লৈবা কনাস্তু লৈতে।

নোংমা নিংথৌনা একাদশীগী চরা হেল্লমই। মথ গী স্নুমিংতা দ্বাদশীগী পুংফম থবদং লৈ। একাদশীগী ব্রত তৌবা কনাগুম্বনা দ্বাদশীগী মনুংদা চাহৌ-থকহৌদ্রবদি নরক তাই।

থংনবা স্নুমিংতা মহাক অতিথি লাকপা ঙায়দুনা করিমত্তা চাদ-থক্তনা লৈরি। দ্বাদশীগী পুংফম অদুদা অতিথি সেবা তৌরগা মহাক চাগদৌরিবনি। অদুবু দ্বাদশীগী পুংফম লোইশিল্লক্লবা ফাওবা কনাস্নু লাক্তে। মতম অদুদা মহাক্না মখুংতা ঈশিং খজিক্তুং লৌরগা থক্কদবগী তৌরকই।

অদুবু মহাক ঈশিং অদু থকথিদ্রে। মতম অদুমক্তদা দুর্ব্বাসা মুনি মফম অদুদা চংলকই। নিংথৌনা ঈশিং থক্কদবগী তৌরিবদু উরদুনা দুর্ব্বাসানা হায়রকই,— অতিথি ঐবু পীজ্র-পীথকত্রিংঙদা মহাক করিমত্তা চাব-থকপা য়ারোই, মহারাজ! নহাক্তি অথোইবা বিষ্ণু-ভক্তনি হায়দুনা ঐ নহাক্কী কোম্নুংদা অরাম-খৌরাংবসি কোকহনগে থন্দুনা য়াম্না ৱানা অস্নুক লাপ্না লাক্লিবনি।

অতিথি ওইনা লাক্লিবা দুর্ব্বাসাবু উবদা অম্বরীষনা খুদক্তা মখুংতগী ঈশিং অদু হৈদোক্লগা মখুৎ লোন্নদুনা হায়রকই;— ঐ য়াম্না স্নুংঙাইরে, মুনিদেববু অতিথি ওইনা ফংজদুনা ঐগী একাদশীগী ব্রত মহৈ য়াল্লে। থৌজালবিদুনা থরা থুনা ঈরু-মাইথজবিরুরো। দ্বাদশীগী পুংফম মিংকুপ থরদং লৈরিবা অসিগী মনুংদা চাদ-থক্ত্রবদি নরক তাগনি। পুন্নমক খঙবিরিবা ইবুংঙোদা হঙ্গৎচনিংঙাই করিস্নু লৈতে।

নিংথৌগী ৱা তারবদা দুর্ব্বাসানা হায়রকই,— ঙাইহাক্তা ঙাইরমখো, নরপতি! ঈরুজরগা ঐ য়াম্না থুনা লাক্কনি।

মুনি ঈরুজবা চংখ্রে। চংনা চংনা মুনিনা খল্লকই, ঐনা হন্দ্রিবমখৈ নিংথৌনা ঐবু ঙাইগনি। করিগুম্বা ঐবু ঙাইদনা চারম-থক্লম্মবদি মহাক ৱাশক কায়দুনা মরাল লৈরগনি। অদু ওইরবদি অভিশাপ তৌদুনা ঐগী শক্তি উংপা য়ারগনি।

অস্মুন্না খন্দুনা দুর্ব্বাসা মফম অমদা লোংতুনা লৈখ্রে।

দ্বাদশীগী পুংফমদি লাম্হোকখিগদৌরে অদুবু দুর্ব্বাসাদি হৌজিক ফাওবা হল্লক্তি। নিংথৌগী থম্মোয়দা চিংনবা কয়া পোক্লক্লে। অতিথি সেবা তৌদ্রিঙৈদা থকলু-চারুরবদি পাপ পুগনি, অদুগা দ্বাদশীগী পুংফমদা চাদ-থক্তবস্থু পাপ য়াম্না চাউই। ধর্ম্ম অমা ঙাকপদা ধর্ম্মা অমদি কায়বা তারে। অম্বরীষ ৱাখলনা চমন্নরক্লে! ৱাখলগী পল্লেপফম থঙলক্তুদুনা মহাক্না ঈশ্বরবু নিংজরকই। মতম অদুদা মাগী থম্মোয়দা ঈশিংদি চিঞ্জাক্কী মনুং চন্দে হায়না খল্লক্লে। মরম অসিনা ঈশিংদমক থক্লবদি চরা হেনবগী মহৈস্থু মাংলরোই অদুগা অতিথিবু পীদ্র-পীথক্তনা হান্না থকলু-চারুবগী পাপস্থু পুররোই।

অস্মুন্না খন্দুনা মখুংতা ঈশিং খজিক্তং লৌরগা নিংথৌনা থক্কদবগী তৌরক্লে। মখুংতগী ঈশিং অদুগা মচিনবানগা হেক থেংনগদবা মিংকুপ অদুমক্তদা দুর্ব্বাসা মফম অদুদা থুংলরে। নিংথৌনা ঈশিং থক্লম্বা উবদা মুনি শাউবনা মমিং ঈগুম ঙাংখ্রে। নিংথৌদা খানা য়েংলদুনা মহাক্না হায়রকই,—ধর্ম্মা লৈতবা নিংথৌ!

অতিথি শেবা তৌদ্রিবৈদা নংনা হান্না চাথোক-থক্তোক্লে। মসিরা নংগী একাদশীগী ব্রত? বিষ্ণু-ভক্ত ওইরগা অস্থক নাপল্ল কাবা! ব্রহ্মশাপ তৌরগনি।

অসি হায়রগা দুর্ব্বাসানা মাগী জটাদগী শম্না খরা থদংলগা মন্ত্র শোন্দুনা লংখ্রে। মদুগা লোইন-লোইননা মৈগী মশক ওই-রবা অঙকপা মূর্ত্তি অমা চোংথোরক্লে। মখুংতা থাংশাং পায়দুনা মৈগী মূর্ত্তি অদুনা নিংথৌবু য়োংকদবগী চংশিল্লক্লে।

মতম অদুদা নিংথৌনা মখুং লোন্নদুনা মুনিদা হায়রকই,—শাউ-বিথিগন্নু, মুনিদেব! মুনিগী মফমদা ননাইনা ইরাল করিস্নু লংজদে। করি ইতিক লৈদুনা ঐনা মুনিগী মফমদা ওইদবা নত্রগা নমথাক তৌগনি! শাস্ত্রগী মতুং ইন্না ব্রতগী ধর্ম্ম ঙাকপতনি। ঈশিং থক্তুনা ঐনা চরা হেনবগী নিয়ম ঙাকচবনি। অদুবু মুনিদেবগী মফমদদি ঐনা থোইদোকপা ইরাল করিস্নু লংজদে। অদুগা ঈশিংদি চিঙ্গাক্কী মন্নুং চন্দে। মরম অসিনা ঐগী ইরাল করিস্নু লৈতে, শাউবা হন্থবিয়ু।

নিংথৌগী ৱা তারবস্নু দুর্ব্বাসা শাউবা হন্দ্রে, থোইনদুম হেনগংলক্লে। মহাক্না মৈগী মূর্ত্তি অদু য়েংলদুনা হায়রকই,—লমচং নাইদবা নিংথৌ অসিনা নাপলনা থুম্নাংতুনা অতিথিবু ঈকাইবা পীরে, মাবু মাংহল্লু।

দুর্ব্বাসাগী অকনবা য়াথং ফংলবদা মৈগী মূর্ত্তি অদুনা লাম্মৈগী শক্তম লোদুনা কোম্নুং তূম্না চাকথেক্কদবগী তৌরক্লে। কোম্নুং চাকথংলকপা উবদা নিংথৌ ৱাবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। মহাক্না

থম্মোয় শোক্লা ঈশ্বরগী মফমদা হায়জরকই,— প্রভু! মসিবু ইবুংঙো নংগী করম্বা চাংয়েংনো ? দুর্ব্বাসা মুনিগী অশাউবা অসিদগী কনবিয়ু ভগবান!

বৈকুণ্ঠদা লৈরিবা ভগবান বিষ্ণু-ভক্তনা থম্মোয় শেংনা হায়জ-রিবদু তারে। মহাক্না খুদক অদুমক্তদা সুদর্শন্দা হায়রকই,— ভক্ত অম্বরীষগী মথরায় কল্লু।

জগৎ-মপুগী য়াথং ফংবগা সুদর্শন নোংথাংমুক য়াংনা অম্বরীষগী কোম্নুং তম্না পাইরক্লে। অম্বরীষগী মাংদা পাইশিল্লক্লগা সুদর্শন্না ব্রহ্মশাপ ককথংখ্রে। অদুগা মহাক শাউগল্লবা মুনি দুর্ব্বাসা তম্না পাইশিল্লক্লে।

বিষ্ণুগী সুদর্শনগী শক্তিগা চাংদন্নিংঙাই কনা লৈতে। মহাদেব নত্রগা ব্রহ্মামক্না ফাওবা মহাকপু মাইথীবা পীবা ঙমদে। ভক্তগী ঈকাই-খুন্নবা ঙাক্লবগীদমক্তা সুদর্শন অপনবা লৈতনা পাইশিল্লক্লি। দুর্ব্বাসানা খুংলায় অদু ঙাকথোক্লবা হোংনবা পূন্নমক অরেম্বা ওইরে।

মতম অদুদা মথরায় হিংননবগী অতোপ্পা উপায় উরক্ত্রদুনা দুর্ব্বাসা মফম অদু থাদোক্তুনা চেনখ্রে। সুদর্শন্না মাবু কোইশান তান্নরি।

শিবলোক, ব্রহ্মলোক মফম কদায়দস্থু দুর্ব্বাসাগী চংজফম ফংদ্রে। মমৈথংদা মহাক বৈকুণ্ঠদা বিষ্ণুগী নাক্তা লাক্লে। মহাক্না খুরুম্নদুনা হায়জরকই,—প্রভু! নংগী খুংলায়দগী ঐবু কনবিয়ু। ইবাল য়াম্না লংজখ্রে, ঐবু ঙাকপিয়ু।

বিষ্ণুনা হায়রকই—মুনি! ঐদি ভক্তগী অরাবা য়েংতুনা থক

লৈথোকপা ঙমদে। নথৱায় হিংনিংলবদি নং অম্বরীষগী নাক্তা চংলো। হায়জবদা করিগুম্বা মহাক্না নংগী মরাল ঙাকপিবা থোক্লবদি স্নুদর্শনগী মখুংতগী নাম্থোক্কনি নত্রবদি নংবু কনানস্থু কনবা ঙম্নরোই।

ছুর্ব্বাসা বৈকুণ্ঠলোক থাদোক্তুনা অম্বরীষগী নাক্তা লাক্লে। অতিথি ওইনা লাকপা ছুর্ব্বাসা সেবা তৌহৌদনা চংখ্রবদা অম্ব-রীষ য়াম্না নিংঙম্নক্লে।

ছুর্ব্বাস' অমুক হন্না লাকপা উরছুনা নিংথৌনা মুনি খুরুম্নবগী-দমক থোরক্লে। অছুবু নিংথৌনা মহাকপু খুরুম্বা ফংদ্রে। মুনিনা চেনশিল্লক্লগা নিংথৌগী মথোঙ কোন্দুনা হায়রকই,—বিষ্ণু ভক্ত। স্নুদর্শনগী মখুংতগী ঐবু কনবিয়ু। ভক্তিগী গুণ অস্নুক চাউই, হায়বা ঐদি খঙদে। মরম অছুনা নহাকপু মরাল লৈরে খন্দুনা শাপ তৌখিবনি। হৌজিক্তি এনা লংজখিবা হরালগী মতিক চাবা ফল ফংলে, ঐবু কনবিয়ু।

ছুর্ব্বাসানা থম্মোয় শেংনা হায়জরিবছু তাবদা নিংথৌনা মহাকপু থম্মোয়দা চেংনা কোনশিনখ্রে। অতিথিগী মথৱায় কনবিয়ু হায়না স্নুদর্শন্দা খুরুমছুনা হায়জরকই।

নিংথৌগী অঙকপা গুণ অছু উবদা পেল্লছুনা নিংথৌবু কয়া থাগৎলম্নগা স্নুদর্শন হনখ্রে।

অছুগী মতুংদা অম্বরীষনা অতিথি সেবা নিংথিনা তৌছুনা ছুর্ব্বাসাবু পেলহল্লে। মখুং অনি থাঙ্গংতুনা নিংথৌদা আশীর্ব্বাদ তৌরম্নগা ছুর্ব্বাসা চংখি।

অম্বরীষ মতম কুইনা নিংথৌ ওইরবা তুংদা মচা-মশু কয়া থনমদুনা মতম চানা নোঙ্গাখি।

---

# সুকন্যা

বিষ্ণু-ভক্ত ওইবা, জ্ঞান য়াম্না লৈবা শর্যাতি কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লমই। মাগী সুকন্যা কৌবী মথোক কারক্লিবী মচানুপী অমা লৈ। মহাক মশক-মতৌ য়াম্না ফজ্রে। মাগুম্বী শকহেনবী নুপীমচা অতাংবনি।

নোংমা শর্যাতি নিংথৌনা মচানুপী পুত্নুনা শাদানবা চংকে থল্লকই। মহাক্কি নিংবগা তৌবগা মান্নে। নিংথৌনা মচানুপী পুত্নুনা শাদানবা চংপা অদুদা লান্মী কয়াস্থু লোইনৈ। অদুগা নিংথৌগী খোঙচং অদুদা দোলাই, শগোল, শামু য়াম্না পুই। মাগী কাংবু অদুগা লোইননা নিংথৌ উমং অমদা থুংলরে। মফম অদুদা ঋষি অমগী আশ্রম লৈরমই। আশ্রম অদু মতিক-মশুং চাউরবা চ্যবন মুনিগীনি।

মুনিগী শেংলবা আশ্রমগী ব্রা তাবদা নিংথৌগী থম্মোয়দা চিংনবা কয়া পোক্লক্লে। নিংথৌনা লোইনরক্লিবশিংদুবু মনাক্তা কৌশিল্লগা হায়রকই,— ভৃগু মুনিগী মচানিপা চ্যবন মুনি আশ্রম অসিদা লাইনিংলি। মরম অসিনা মফম অসিদা নখোয়না করিগুম্বা

হিংসা অমত্তা তৌবা য়াদে, লা'-খোংপা য়াদে। মুনিগী ধ্যান কায়দনবা য়াম্না চেকশিনগদবনি।

নিংথৌগী য়াথং ফংলবদা মীপুম খুদিংমক চেকশিন্নখ্রে। কনাস্থু শজি তানবা নত্রগা জীব হিংসা তৌদ্রে।

করিগুম্বা কনাগুম্বনা আশ্রমগী নিয়ম থুগায়রকপা থোক্লবদি শোইদনা অৱাবা তাগনি হায়না নিংথৌনা থল্লকই। মহাক্না মাগা লোইনরক্লিবশিং অদুবু মনাক্তা কৌশিল্লগা হায়বকই:— মফম অসিদা লৈবগী থোইনা কান্নবা লৈতে। অতোপ্পা মফম অমদা চংথ্রসি।

নিংথৌ মাগী খোঙলোইশিংদুগা লোইননা আশ্রম অদু থাদোক্কুনা চংখ্রে।

অদুবু নিংথৌগী মচানুপী সুকন্যাদি মতাশিংগা লোইননা কোইচং-চংতুনা আশ্রম অদু য়েংলি। আশ্রমগী শেংলবা ফিভম অমসুং ফজবদু উবদা মথোয় শুম্নাংখ্রে। মথোয়দি নিংথৌগী অকোনবা য়াথং অদু তাহৌদদুনা আশ্রম থাদোক্লিবনি।

মথোয়না কোইচং-চংতুনা পুক্লিং হুনা ফজরবা দৃশ্য কয়া য়েংলি। মতম অদুদা সুকন্যানা লৈশৌবুং অমা লৈরম্বা থেংনরে। চীংদুমগী মওং মানবা লৈশৌবুং অদুগী ময়াদা মহাক চংশিনখ্রে।

লৈশৌবুং অদুদা লৈরিবা খুরবা মখুলশিংদগী লৈশৌ ময়াম পাইথোরক্লি। সুকন্যানা লৈশৌবুং অদুগী মখুল অমদা চৈতেক অমা থিংজিল্লুরে। চৈতেক থিংজিল্লুবা মখুল অদুদগী ঈ ঈচেল কয়া ফাংনা চেন্থরক্লে।

লৈশৌবুংদগী ঈ চেন্থরকপদু উবদা কিরদুনা মখোয়না নিংথৌদা তম্মুবে। নিংথৌ লাক্লে।

য়াম্না মুন্না য়েংলবা তুংদা লৈশৌবুং অদুগী মনুংদা মহামুনি চ্যবন ধ্যানদা লুপ্তুনা লৈ হায়বা নিংথৌনা খঙলক্লে। মহামুনিগী হকচাংদা লৈশৌনা কুপশিনখিবনি। সুকন্যানা মুনিগী মিংপান্দা থিল্লদুনা উনশা তংতুনা ঈ চেন্থবকপনি।

মশাবু শাথীনা মরান লৈবে খন্দুনা নিংথৌনা মুনিগী মফমদা হায়জ-নোঞ্জনকই। মদুদা মুনিগী ধ্যান কায়খ্রে। মহাক্না নিংথৌবু আশীর্ব্বাদ তৌরগা হায়রকই,—ঐ লাইনিংবা লোইবে। হৌজিক ঐ য়ুম পানবা তারি। মরমদি নি থিনা য়ুম পান্দুনা ইচানিপা পোক্তুবদি ঐ মুক্তি ফংবা ঙম্লোই। অদুগা ঐ অমুক হন্না পৃথিবীদা পোক্কনি। নংগী শকহেনবী নচানুপী অসি ঐঙোন্দা পীরো।

ভৃগু মুনিগী মচানিপা চ্যবন্দা মচানুপী লুহোংবা য়াম্না লাইবক ফবনি হায়না নিংথৌনা খল্লকই। য়াম্না হরাঙনা মচানুপীবু ঋষিদা কংথোক্লগা নিংথৌ কোন্নুংদা হনখ্রে।

মতম শাংনা চরা হেল্লকপনা চ্যবন মুনি অহল য়াম্না ঙই-শিল্লে অমসুং মশা য়াম্না শোল্লে। ফিভম অসিদা মহাক্না য়ুন্মানবগী মুংঙাইবা ফংবা ঙইথোক্তবনি। মরম অসিনা মহাক্না যোগগী মতেংনা অমুক হন্না নহা ঙইনবা হোংনগে হায়না খল্লকই।

ঋষিনা নহা ঙইনিংবগী রাখল খল্লকপমক্তদা অশ্বিনীকুমার অনি মফম অদুদা লাক্লে।

অশ্বিনীকুমারশিং লাই ওইরবস্তু মাইবনি হায়দুনা লাইয়াম্না মখোয়বু তুক্কচ্চনা হঙ্গোইনা লোইরে। অতে লাইয়ামগুম্না মখোয় অনিদনি যজ্ঞগী শরুক থুংবিদে। চ্যবন্না নহা ওইনিংবগী ৱাখল অদু উবদা মখোয়না খল্লকই, চ্যবন মুনিগী অনিংবদু থুংহল্লবদি ঐখোয়স্তু যজ্ঞগী শরুক লৌবা য়াগনি। অদু ওইরবদি লাইয়ান্না ঐখোয়বু হস্তবা মিংয়েংনা অমুক য়েংলরোই।

অস্তুন্না খন্দুনা অশ্বিনীকুমার চ্যবনগী আশ্রমদা থুংলরে। মুনিনা অশ্বিনীকুমারশিংবু উবমক্তদা মখোয়গী মপুক্লিংগী ৱাখল অদু খঙলে। মহাক্না স্বর্গগী মাইবাশিং অদুদা হায়রকই,—করিগুম্বা ঐবু নহা অমুক ওইহল্লবা, য়ুৱানবগী নুংঙাইবা মপুং ফানা ফংননবা ঐঙোন্দা পাঙ্গল হাপ্লবা অদু ওইরবদি নখোয়না নিংলিবদু থুংহনগনি। অদুগা যজ্ঞগী শরুকস্তু ফংহনগনি।

অশ্বিনীকুমারশিংনা পাম্লিবস্তু মতুমন্নি।

মখোয়না চ্যবন মুনিগা সুকন্যাগবু নিথিজরবা পুখ্রী অমগী মপান্দা পুবক্লে। মফম অদুদা লাইয়ামগী অমৃত লৈ। পুক্লিং শুম্মাংনা ফজরবা মফম্নি। মদু উবদা ঋষি মপুক্লিং লাংতক্করক্লে।

মুনিগী পুক্লিং খঙলদুনা অশ্বিনীকুমার অনিনা হায়রকই,—মুনিদেব! পুখ্রী অসিদা ইরুজথোকপিরুরো।

অঙকপনি! পুখ্রী অদুদা ইরুজরগা কাখৎলকপমক্তদা মুনিগী শক্তম অদু অশ্বিনীকুমার অনিগী শক্তমগা চপ মান্নখ্রে। করম্বনা মপুরোইবনো অদুগা করম্বনা স্বর্গগী মাইবনো হায়বা সুকন্যা শুকখঙ-খঙবা ঙমদ্রে।

মতম অদুদা সুকন্যানা মখুৎ লোন্নরদুনা হায়জরকই,—ইবুংঙোখোয়না থৌজালবিদুনা ইপুরোইবা কদায়নো' অশেংবা তাকপিয়ু।

সুকন্যানা হায়জরিবদু তারবদা মাগী মতৌ য়েংনিংলদুনা মখোয় অছুন্না হায়রকই ;—অদুক শোল্লবা, অদুক অহল ওইরবা চ্যবন মুনিগী মনাক্তা লৈবদা নং করিস্তু মুংঙাইবা ফংলোই। মথোক কারকপগী ফজবা কয়ানা তীল্লবা ঐখোয়দা মুন্না য়েংউ, ঐখোয় অসে কয়াদা নহা ওইরিবা ; নং ঐখোয়গা লোইননা চৎখ্রসি। নংগী অপাম্বা পুন্নমক ঐখোয়না থুংহনগনি।

হায়রিবসি তাবদা থোক্লবা য়াবা খুদোংথীবা কয়া থল্লুবদা মীপাইরবী সুকন্যা কিবনা মশা নিক্লক্লে। মপী ঈরা চেল্লক্লে। মহাক্লা হায়রকই,—নখোয়দি লাইনি। পাঙ্গল শোল্লবী ঐবু ওৎ-নৈবিগন্নু। ঐগী সতীত্ব মাংহনবিগন্নু। ফজববু মীহৌদুনা মপুরোইবা নি বী কনানা মপুরোইববু থাদোকপা ঙম্বগে? থৌজালবিদুনা নমথাক অমুক তৌবিরগন্নু। ঐগী ইপুরোইবদু নখোয়না কদায়দা লোংতুনা থম্বিখ্রবগে? লাইবক থীরবী ঐবু মুংশিবিদুনা ঐগী ইপুরোইবদু পীবিরো।

সুকন্যাগী মপুরোইবা নিংবা মতৌদু উবদা পেল্লদুনা অশ্বিনী-কুমার অনিনা চ্যবনগী মশক তাকপিরে। পাঙ্গল শোল্লবা, হন্নুরবা মপুরোইবা অদু অদুক নহা ওইরম্বদু উবদা সুকন্যা ইঙক-ঙকপ্রে। য়াম্না ফজরবা পাথং—পুক্লিং শুদ্ধংনিংঙাই ওইরবা মপুরোইবগী

শক্তিম অহু উবদা সুকন্যাগী নিংজবা থুংলে। অদুগা চ্যবন মুনিগী অনিংবসু মপুং ফারে।

অশ্বিনীকুমাব অনি অদু চংথ্রে।

চ্যবন মুনি অমসুং সুকন্যা মখোয়গী আশ্রমদা হল্লক্লে।

চ্যবন যুৱানবগী ময়াই কানা মুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাউরি। চহি অমা চুপ্পা মখোয় অনি লম কোইরুরগা আশ্রমদা অমুক হল্লক্লে।

শর্যাতি নিংথৌনা অচৌবা যজ্ঞ অমা তৌননবগী থৌরাং তৌরি। যজ্ঞ অদুদা মুনি ঋষি কয়া কয়া য়াওগদৌবিবনি। মহর্ষি চ্যবনসু যজ্ঞ অদু য়াউনবগীদমক্তা নিংথৌনা মচানুপীগা মপ্পাকবু নিমন্ত্রণ তৌবা লাকই।

মুনিগী আশ্রমদা চংলকপমক্তদা মাগী মচানুপী সুকন্যা মশক মতৌ য়াম্না ফজবা পাথং অমগী মনাক্তা ফম্লবা নিংথৌনা উবে। অদুগা অহল ওইরবা চ্যবন মুনিদি আশ্রম অদুগী মফম কদায়দসু উবা ফংদ্রে।

অতোপ্পা নিপাগা হবাওনা ৱারী শাদুনা লৈরম্বা উবদা নিংথৌনা মচানুপীদা শাউনা হায়রকই ;—সুকন্যা! অসুক ফবা শাগৈদা পোক্লগা নংনা চংলিবসি করি শাজংনো? নপুরোইবগী সেবা থাদোক্তুনা নংনা তৌরম্লিবসিবু করিগীনো? নংনা শাগৈ অহুম্মক্তা মাইহিং কাহল্লবা!

মপাগী ৱা তাবদা সুকন্যানা ঈকাইদুনা ঙাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা মপুরোইবন্না পাথং ওইরকপগী ৱারী অদু করিমত্তা

চিংথদনা তম্নে। ওইথোক্তবা থোংদোক অদু তারবদা নিংথৌনা মহর্ষি চ্যবন্দা মতিক-মঙাল থাগৎলকই। অদুগা মহাক্না মচা সুপ্পীগা মখাকনু যজ্ঞ অদু য়াউনববা নিমন্ত্রণ তৌরম্লগা চৎখ্রে।

কবিগুরুদন্সু কবিগুরুনা যজ্ঞ অমত্তদন্সু আশ্বিনীকুমারশিংদা যজ্ঞগী শরুক পুংথিত্রি। মরম অসিনা মখোয় অনিদি যজ্ঞগী মহাও থঙদে। চ্যবন মুনিনা যজ্ঞ অদুদা মখোয়বু লাইয়ামগা মান্ননা ঈকাই-খুম্নবা উংপা অদুদা ইন্দ্র শাথীনা শাউখ্রে।

মরাল্লগী মতিক চাবা দণ্ডি পীগে থন্দুনা ইন্দ্রনা বজ্র মখুংতা পায়দুনা মহর্ষি চ্যবনবু হাংপা লাক্লে। মহর্ষিদি মতম কুইনা তপস্যা তৌদুনা নারায়নগী মফমদা মথল্লায় কখোকথ্রবনি। ইন্দ্রগী বজ্রনা মংডোক্না করি তৌবা উম্মগদগে?

ইন্দ্রনা বজ্র লংলক্লে, অদুবু মুনিগী মনাক য়োরকপমক্তদা বজ্রনা অদুগী শক্তি পুম্নমক মাংখ্রে। মদুগা লোইন-লোইননা ইন্দ্রগী মঙাল মকশিল্লক্লে।

থোংদোক অদু উববদা লাইয়াম্না চ্যবনগী মফমদা কয়া হায়জ-নোঞ্জদুনা মাবু পেন্নবা হোংনরকই। মুনিগী থম্মোয় পেল্লবদা ইন্দ্রগী মাংখ্রবা শক্তি অমুক ফংলে।

মদুদগী হৌনা লাইয়ামগা মান্ননা ঈকাই-খুম্নবা উংতুনা আশ্বিনীকুমারশিংগীসু যজ্ঞগী শরুক তম্না লেপ্লথি।

য়ুবানবগী মতম লোইরবদা চ্যবন মুনি উমংদা চৎতুনা অমুক হন্না ল্যাই নিংখ্রে। অদুগা শিরবা তুংদা মহাক হরিগী থুয়া থথাল্লদা চংজফম ফংখি।

# সমুদ্র নৈবা

দুর্ব্বাসা মুনি হরিনাম শক-শোন্দুনা কদায়দনো চৎলমই। লম্বীদা দেবরাজ ইন্দ্রগা মহাক্কা থেংনৈ। শামু তোংদুনা ইন্দ্রনা কদায়দনো চৎপদা থেংনবনি। দুর্ব্বাসাবু উবমক্তুদা-ইন্দ্রনা খুরুমই। দুর্ব্বাসানা আশীর্ব্বাদ তৌরগা মখুৎতা পায়রিবা মালা অতু ইন্দ্রদা পীখ্রে। অদুগা মুনি হরিনাম অমুক শোল্লদুনা চৎখি।

মুনিনা পীরম্বা মালা অতু ইন্দ্রনা শামুগী মকোক্তা থমই। শামু অদুদি মালা অতুগী মগুণ খঙদে। মানা মালা অতু মনাতোম্না কোৎথরগা মখোঙনা নেৎখায়খ্রে। ইন্দ্রদি মতু উদে।

ডাইহাক লৈরগা দুর্ব্বাসা লম্বী অদুদা অমুক হল্লকই। লৈমায়দা তারিবা মালা মহাক্না উরে। দুর্ব্বাসা য়াম্না শাউগনবা মুনিনি। অতুগীস্থ মথক্তা থম্মোয় শেংনা পীবা খুদোল অতুবু ঈকাই-খুম্নবা ;উংতবঃ উবদা মুনি শাউবনা মশা থক থক নিক্লক্লে। মহাক্না ইন্দ্রদা শাপ তৌরকই,—স্বর্গগী নিংথৌনি হায়দুনা অমুক নাপল কাবা! নং লক্ষ্মী চেল্লগনু।

দুর্ব্বাসাগী শাপ্না লক্ষ্মী স্বর্গ থাদোক্তুনা সমুদ্রগী ঈরোম্নুদা চংজফম লৌদুনা লৈখ্রে। স্বর্গগী নিংথিবা ফজবা পুম্নমক মাংখ্রে ; লাইয়ামগী শক্তি মাংথরক্লে। খুদোংচাবা ফংলদুনা দৈত্যশিংনা স্বর্গদা তমথীবা ফংনা ওৎ-নৈবা হৌরকই।

শক্তি য়াউদ্রবা লাইয়াম ব্রহ্মাগী নাক্তা লাক্লে। অদুবু ব্রাহ্মানা করি তৌবা ঙমগনি! ব্রহ্মাণগী শাপ ককপা মহাক্কী

মতিক লৈতে। লাইয়ামগী অব্রাবদু মুন্না খণ্ডলবদা মহাক্না হায়-রকই,—ঐখোয় বৈকুণ্ঠদা চৎলসি। বিষ্ণুতনদি নখোয়গী অব্রাবসি কোকপিবা ঙমগনি।

লাইয়ামগা লোইননা ব্রহ্মা বৈকুণ্ঠদা থুংলরে। মখোয়না খুরুমদুনা হায়জ-নোঙ্গরবদা ভগবান বিষ্ণুনা পেনবিরদুনা লাই-য়ামগী অব্রাবদু কোক্লবা লম্বী তাকপিরে।

বিষ্ণুনা হায়রকই,—দৈত্যশিংগা লোইননা নখোয় ক্ষীরোদ সমুদ্র নৈয়ু। অদু ওইরবদি লক্ষ্মী অমুক হন্না ফংগনি, অদুগা অমৃতসু থোক্লক্কনি। অমৃত থক্লবদি নখোয় অমুক শক্তি লৈগনি।

অদুবু মপাল নাইদনা পাক-চাউরবা সমুদ্র অদুবু করিনা নৈগদগে? অদুগা মদুগী মতিক চাবা থৌরিনা কদায়দগী ফংগ-দগে? অস্নুন্না লাইয়াম্না হংজরক্লবদা বিষ্ণুনা অমুক হায়রকই,—মন্দার চীংবু সমুদ্র ঈয়াইদা থাদরগা মদুনা নৈনবা মচৈ ওইনৌ, অদুগা বাসুকী লিলনা মদুগী থৌরি ওইনা শিজিন্নগদবনি। অদু ওইরবদি সমুদ্র নৈবা য়াগনি।

লাইয়ামগী শক্তি লৈত্রে, মখোয়তনা সমুদ্র নৈবা ঙম্মোই। মরম অসিনা মখোয় মতেং লৌননবগীদমক দৈত্যশিংগী মনাক্তা চৎপ্রে। দৈত্যগুরু শুক্রাচার্য্যগী বর ফংদুনা শক্তি য়াম্না লৈরবা দৈত্যশিংগী মতেং লৌদবা য়াদ্রদুনা ইন্দ্র পুকচেল ফবা শাশিন্নদুনা দৈত্যনিংথৌ বলিগী নাক্তা লাক্লে। ইন্দ্র লাকপা উবদা বলি য়াম্না হরাওই। নিংথৌ অমনা নিংথৌ অমদা উৎফম থোকপা

ঈকাই থুম্নবা অদু বলিনা ইন্দ্রদা উংলকই। অদুগা মহাক্না ইন্দ্র লাকপগী মরম .হংলকই।

মতম অদুদা ইন্দ্রনা হায়রকই,—মরুপ মিংথৌ! লাইগা হিংচাবগা ইচিল-ইনাওনি। ঐখোয় মশেল থংন-চৈনদুনা ইশা-ইশাগী শক্তি মাংহনবা চুমদে। ভসিদগী নখোয়গা ঐখোয়গা চান্নবা মরুপ ওইরবনি।

বলিনা দৈত্যশিংবু কৌশিল্লগা হায়রকই,— লাইয়ামগা ঐখোয়গা ইচিল ইনাওনি, মরুপ্নি হায়বসি নখোয় করিগুম্বদসু কাওঃরাইদবনি।

ইন্দ্রনা হায়রকই,—ক্ষীরোদ সমুদ্র নৈরবদি অমৃত থোক্কনি হায়না ভগবান বিষ্ণুনা তাকপিরকই। অমৃত অদু লাইয়াম ঐখোয়রতনা লৌফম থোকপরা? নখোয়গা ঐখোয়গা সমুদ্র নৈমিন্নরগা অমৃত য়েন্নহুনা থকমিন্নসি হায়বা লাক্লিবনি।

অসি তাবদা বলি য়াম্না হরাওরে। অমৃত থক্লবদি মখোয়সু লাইয়ামগা মান্ননা শক্তি লৈরগনি থন্দুনা ইন্দ্রনা হায়রিবদু বলিনা হরাওনা য়াবে। অদুগা মন্দার কোবা চীংজাও অদু ফুক্লগা ক্ষীরোদ সমুদ্রদা থাদমবগী থৌদাংসু দৈত্যশিংনা লৌই।

দৈত্যশিংনা মন্দার চীংজাও ফুক্কুনা পুরগা সমুদ্রদা থাদগ্রে। অদুবু চীংজাও অদু সমুদ্রগী ঈরোম্নুদা লুপগ্রে। মখোয়না চীং অদু ঈশিংদা ভাওহন্নবা হোংনবা 'পুম্বা অরেম্বা ওইরে।

মদু .উবদা বিষ্ণুনা থেঙ্গুগী শক্তম লৌরগা সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা

লুপথখ্রে। অদুগা ভগবান্না থাংগৎপিদুনা চীংজাও অদু সমুদ্রদা তাউহল্লে।

মতম অদুদা ইন্দ্রনা কৌদুনা বাসুকী লাক্লে। বিষ্ণুনা তাকপিখিবদুগী মতুং ইন্না ইন্দ্রনা মহাকপু সমুদ্র নৈনবা থৌরি ৎইয়ু হায়বদা হৎাও হৎাও য়াবে।

ইন্দ্রনা দৈত্যশিংদা হায়বকই,—নখোয় বাসুকীগী মমৈরোমদা পায়য়ু, এখোয়দি মকোকলোমদা পায়গে।

লিলগী মমৈ পায়বদি ঈকাইনিংঙাইনি খন্দুনা দৈত্যশিংনা মকোকলোমদা হান্না পায়খ্রে। মদুদা লাইয়াম্না য়ানিংদবা ফোংদোক্কে। মখোয়সু অদুমমক পাল্লিবনি।

অসুন্না ইন্দ্রগী নমথাক লাংদা থুদুনা দৈত্যশিংনা বাসুকীগী মকোকলোমদা পায়দুনা সমুদ্র নৈবা হৌরে।

নুমিৎ কয়ানি হৌখ্রে। অদুবু অমৃত থোক্তি্। লিল অদুনা হোন্দোবকপা হু চেনবা নুংগা স্বরনা তত্তনা মশাদা য়ৈবনা দৈত্যশিংহু য়ান্না চোকথবে, থৌবি চিংবা রানা থোক্লে। অদুগা লাইয়ামদি লিলগী মমৈদা পায়বনিনা থোইনা রাদে।

মতম অদুদা বিষ্ণুনা দৈত্যশিংদা মপাঙ্গল হাপ্লি।

মতম কুইনা লাইয়ামগা দৈত্যশিংগনা মকোক্কা মমৈগা পায়দুনা চিংথোক-শিংশিল তৌরকপা অদুদা বাসুকী মশা য়াম্না শোত্থ্বে। মাগী হু পুন্নমক সমুদ্রদা ডম্না তাখ্রে।

লাই-হিংচাবা পুন্নমক হুগী অকনবা মৈচাক থাংবা অমুক ডম্লক্কে।

হূগী মৈচাক অদুনা জগৎ অসি মাংথ্রগনি থগুদুনা বিষ্ণুনা লাইয়ামদা হায়রকই,— মহাকালগী মশক ওইরবা মহাদেবনা নত্তনদি হূ অসি থকপা কনানস্থু ঙম্নোই। নথোয় মঙোন্দা চংজরু।

বিষ্ণুনা তাকপিবা মতুং ইন্না লাইয়াম পুম্নমক কৈলাস তম্না চেল্লক্লে। মথোয়না হায়জদুনা মহাদেববু ক্ষীরোদ সমুদ্রগী তোর্ব্বান্দ পুরকই। মহাদেবনা সমুদ্রদগী হূ খুজোক্লা চোকথৎলগা থকচিনগ্রে। মহাক্লা থক্লিবা হূ অদু মথৌরিদা থমই। হূগী মৈচাক্লা মহাক্কী থৌরি শংবান্নথি। মতুদগীনি মহাদেববু নীলকণ্ঠ হায়নস্থু খঙনরিবসিনি। মহাদেবগী খুরক্কগী নাম্বদুনা তাথিবা হূ অদু লিলনচিংবা মহূ চেনবা জীবশিংনা থকথি।

অসুন্না মহাদেবনা সতুদ্রদগী হূ লৌথোকপিগ্রবদা লাইয়াম অমস্থুং দৈত্যশিং মপাঙ্গল কনথৎলকই।

সমুদ্র নৈবা অমুক হৌরে।

সমুদ্রনা থৌজালবিরদুনা মমল নাইদ্রবা লন কয়া দান তৌরকই।

অহানবমক্কদা সুরতি কৌবী ষণ অমোম অদু ফাওগৎলকই। ঋষিশিংনা যজ্ঞ তৌবদা মুমিৎ খুদিংগী ঘি, শঙ্গোম শিজিন্নৈ; মরম অসিনা সমুদ্রগী অহানবা দান অদু ঋষিশিংনা লৌগ্রে। অদুগী মতুংদা উচ্চৈঃশ্রবা কৌবা শগোল অমা থোরকই। মদু ইন্দ্রনা লৌথি। চাউর চাউরবা শামু কয়া থোরক্লে। মথোয়দুগী মদুংদা ঐরাবোত ইন্দ্রনা লৌথি। অদুগা অতোপ্পা শামুশিং অদু মাইকৈ ঙাক্নবা থাথি।

হৌজিক ফাওবা লক্ষ্মী ফাওগৎলক্তি, অমৃতম্সু থোরক্তি। মরম অসিনা সমুদ্র মৈবা লেপ্তে। কৌস্তুমণি থোরক্লে। মহু বিষ্ণুগী থবাক্কী লৈতেং ওইহনগ্রে। মথংদা অমাং-অতা লৈত্রবা পারিজাত থোবকই। মহু ইন্দ্রগী নন্দন-কানন্দা থাখি। মশক মতৌ ফজরবী জগোই শাবীশিং ফাওগৎলক্লে। মথোয়স্সু স্বর্গদা চৎখ্রে।

মরোল অহুম্মক্তা মঙাল শন্দোক্লহুনা শক্তমগী লাইরেম্বী অমা ফাওগৎলক্লে। শকহেনবী অসি লক্ষ্মীনি। অদুবু লাই হিংচাবা কনানস্সু মহাকপু মশক খঙদে। মতম অদু ফাওবা দৈত্যশিংদি করিগুম্বা অমতা লৌদ্রি, অদুগা পায়ুস্সু হায়দ্রি। লক্ষ্মীবু মখোয়গী শরুকা ওইনা পীয়ু হায়রক্লে। নিংথিবী অদুবু উবমক্তদা লাইয়াম্নস্সু মখোয়গী শরুক ওইনা লৌগনি হায়রকই। লক্ষ্মী মুন্নবগীদমক লাই-হিংচাবগী মরক্তা য়াথোক ওইখ্রে। মমৈ-থংদা দেবী অদুনা অপাম্বা নিপাদা লৈ পরেং হুক্তুনা স্বয়ংবর তৌবদা লেপ্লরে। লৈপরেং হুকপা নিপা অদুনা দেবীবু ফংবা হায়বসি লাই-হিংচাবা পুম্নমক য়ানরে।

বরুণনা দেবীদা বৈজয়ন্তী মালা খুদোল ওইনা পীরকই। লক্ষ্মীনা মালা অদুনা ন্নারায়ণগী ভকশমদা হুকখ্রে।

মতম অদু ফাওবা সমুদ্র মৈবা তোক্তি। বারুণী কৌবী মশক য়াম্না ফজবী সুপী অমা ফাওগৎলকই। মহাকপু দৈত্য-শিংনা ফাহুনা পুথি।

ফনা কুইনা অমুক সমুদ্র নৈরবা মতুংদা মশক ফজবা নিপা অমা অমৃত চফু পায়দুনা ফাওগৎলক্লে।

অমৃতগী চফু অদু লাইয়ামগা হৈ'চাবশিংগা মুন্নরক্লে। মমৈ-থংদা লাইগা হিংচাবগা লান কন্না শোক্লরক্লে।

অমৃত মুন্নবগী অচোবা রাথোক ওইরে খঙলদুনা বিষ্ণুনা দৈত্যশিংবু কবন্না নমথাক তৌগদগে খল্লকই।

ভগবান বিষ্ণুনা মায়া তৌদুনা মোহিনীগী শক্তম লৌগ্রে। শ্রকহেনবী অসিবু উবদা কনাগী থম্মোয় শুম্মাংলোইদগে?

মাগী থোং-নৌববা হকচাংদু থেক-নৌনা থম্মোয় হুবা মিংয়েংনা য়েংলদুনা মোহিনী লানকম অদুগী ময়াইদা চংলক্লে।

বিষ্ণুনা শক্তম লৌরিবা মোহিনী উবমক্তদা দৈত্যশিংগী থম্মোয় শুম্মাংগ্রে। লাল তৌবা তোকথোক্‌লনা মথোয় মোহিনীগী মনাক্তা চংশিল্লকই। অদুবু মথোয় মনাক য়াম্না নকশিনবদি ওমদে, চংশিল্লুবদা অয়াম্বনা য়াম্নদুনা তুগ্রে।

দৈত্যশিংনা মোহিনীদা হায়রকই—অমৃত মুন্নবগীদমক লাই-য়ামগা ঐখোয়গা লান শোক্লরম্নিবনি। নংনা অমৃত অসি য়েন্থোকপিয়ু। অদু ওইববদি ঐখোয় অমুক লান শোক্লররোই।

য়ানিংদবা শাদুনা মোহিনীনা হায়রকই,—ঐবু করম্না অতুক থাজরিবনো? ঐনা করিগুম্বা অমৃত নংখোয়গী শরুক থুংহ্রবদি!

মোহিনীনা মথোয়বু নমথাক তৌগনি হায়বা মাগী মায়ানা শুম্মাংহ্রবা দৈত্যশিংনা থাজবা ওম্নমদে।

মরম অদুনা মখোয়না হায়রকই,—মদুদি ওইথোক্কবনি। ন'বু ঐখোয়না থাজৈ; অমৃত য়েনবগী থৌদাংসি নংনা লৌগদবনি।

মোহিনীনা অপাম্বা মতুং ইন্না অমৃত য়েনগনি, মদুদা কনানসু য়েংপা য়ারোই হায়রমই। হায়রিবদু লাই-হিংচাবা পুম্নমক্না য়ারে।

লাইয়াম্না মাইকৈ অমদা অদুগা দৈত্যশিংনা মাইকৈ অমদা লৈরে। অমৃতগী চফু পায়রদুনা মোহিনীনা লাইয়ামদা হান্না অমৃত য়েনবা হৌরকই। রাহু অমসুং কেতু কৌবা দৈত্য অনি-থক্তি লাইগী শক্তম লৌদুনা অমৃত থকপ্রে। খুদক্তা মুমিং-থা অনিনা মখোয়বু মশক খঙলদুনা বিষ্ণুদা তাকই। বিষ্ণুনা সুদর্শন লংদুনা মখোয়গী মঙক ককথংখি।

মদুদগী রাহু অমসুং কেতু মুমিং থাগী য়েক্লবা ওইখি। খুদোংচাববু ফংলবদি দৈত্য অনি অদুনা মুমিং-থাবু হৌজিক ফাওবা হেক হেক উমদুনা সূর্য্যগ্রহণ, চন্দ্রগ্রহণ তৌরিবসিনি।

মোহিনীনা অমৃত লোইনমক লাইয়ামদা য়েন্থোকপ্রে, দৈত্য-শিংগী শরুক থুংদ্রে। অদুবু হান্না হায়দোকপ্রবনা মোহিনীনা মখোয়গী শরুক থুংদবগী য়ানিংদবা করিমত্তা দৈত্য কনানসু ফোংদোকখিদ্রে।

অমৃত য়েনবা লোইরবদা বিষ্ণু মশাগী শক্তমদা হল্লিল্লগা বৈকুণ্ঠদা চংপ্রে।

অমৃতগীদমক লাইগা দৈত্যগা অমুক লান্থেংনবা হৌরক্লে। লাইয়ামদি অমৃত থক্লবনা মপাঙ্গল য়াম্না কল্লে। লান্দা মাইথী-রদুনা দৈত্যশিং স্বর্গ থাদোক্কুনা চেনপ্রে।

অসুন্না লক্ষ্মী স্বর্গদা অমুক হল্লকখি।

লোইরবা